

চেক্লা অমদা
(লাইমেন-শৈরেং পরেং)

| | | |
|---|---|---|
| অইবা | ঃ | সলাম তোম্বা, তৌবুল |
| মখুম লাই | ঃ | চীংশাং পরেং। |
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | ডিসেম্বর, ২০০৩ ইং |
| লাইরিক মশীং | ঃ | ১০০০ |
| অফোঙবা | ঃ | সলাম মৌনিচন্দ্র না<br>মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,<br>বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চকীদমক ফোঙবা। |
| মখুম য়েকপা | ঃ | কলেক্সন্নি। |
| মমল | ঃ | লুপা |



| | | |
|---|---|---|
| লাইরিক ফংফম | ঃ | মণিপুরী সাহিত্য পুরিষদ ইম্ফাল,<br>বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চ<br>অইবা মশা<br>বিষ্ণুপুরগী লাইরিক য়োনফমশিং |

নুপী ওইনা পোক্লুবৈ

নুংঙাইবা শরুক ফংখিদ্রবী

মাগীনি হায়বা মচা লৈহৌদ্রবী

ঐগীদমক ওন্থোক্লা ৱাজখিবী

ঐগী ইনে, ৺তোম্বী

মহাক্কী মফমদা

কচ্ছরি ঐগী

'চেক্লা অমদা'

-সলাম তোম্বা

# অইবগী থম্মোয়দগী

ঐবু প্রকৃটিগী পোৎশক অনীখক্কা মতম পূম্বদা খোয়রাংহল্লি। ঐবু লৈতাহন্দে। মখোয়দুদি লাইমতোন চীংজাউ অদুগা ক্রোক্লাউবী উচেক। পোৎশক অনীসিগী মরমদা ঐগী পুক্সিনা লৈরিঙৈদা করিগুম্বা খরদংদি ইরমগে হায়বসি ঐগী থম্মোয়দা ফুমদুনা লৈরক্লবা আশানি। ঙসিদি ঐ ওস্থোক্লা নুংঙাই। ক্রোক্লাউবী চেক্লাগী মরমদা পাওমেন-শৈরেং অশাংবা অমদি ইবা ঙমজরে। তশেংনা কপ্পা কপ্পা ইবা মতাং য়াওখি। নুংশিপ্পবা উচেক্লি। ঐগী কোক্তোন্দা লৈরম্বা, ঐবু মতম পূম্বদা হৌদোকপীবা মতম পুবী চেক্লানি। ঐনা অহীং লাইরিক পাবদা মানা খোঙবা তারগা ঘড়ী লৈজদবা ঐগী মতম ওইখিবনি। তৃমদনা পারগনা মাগী খোঙখিবা মশীং থীরগা থেংঙে, ঙল্লি খঙজখি। তৃম্লুবা ওইরগনা অহীং পুং ২ দা ৩ দা খোংলকপদুনা ঐবু হৌদোকপীরকই। শব্দ কন্না খোংলকপনা অমদি খোংলমদাই মশানা উশাদা ফূরগা খোংবনা তাদনীংঙাই শুকলে লৈতে। ঐনা মাবু কৌজে, ঐগী তং য়ৈবা, মতম পান্নবা মী ওইনা। অদুগুম্বা চেক্লাদু উমং কোকখিবনা ওইবা তাই লাকখিদরে, কুইরে। অদুবু ঐগী মঙদদি মরক মরক্তা লাকই। মহৌশাগুম উমংদু লৈ, হৈবোং পাম্বী মথক্তা মহাক অদুম তোংই। অদুগা খোংই। ঐনা মিৎকপ থোক্লগা তক্সি শোঞ্জে, 'মঙ ওইনা তোক্লেদো'। ইবদি খল্লুদে। অদুবু মাগী নুমিৎ শুরমাল্লে, হন্দক মঙদা উবসিদি ঐবু য়াকাইহল্লরে। ইদবা ঙমদ্রে, মিৎকপ হেক থোকপগা কলম পায়রে, ইবা হৌরে। চেক্লা ! মানা ইরিবা খরসিনা পেনবীসনু।

অদুগা অমনা শৈরেং অশাংবা ইনীংবগী ব্রাখল অদুসু মতা চানা তাঞ্জা ফংজরে। সোনিট ওইনা ইনবা হান্না হৌরুরে, টরজা রিমা ছন্দদা ইবমুক হৌরুরে। অদুবু ইবা খুৎলোয়দে। ফজবা ব্রাৎলি। ইংরাজিগুম ব্রাহৈ লীকপসু য়ারক্তে।

অদুনা কায়নথংদা পয়ার ছন্দদা ইবনা ওম্থোক্লা চানরে। পেনা শৈহেক্তা, খোংজোম পর্ব্ব শৈশক্তা ইবনা হেন্নসু পকচরে। অদুনা মাত্র মরি অহুম, মরি অহুম পুন্না তরামরি অসিদা ইজরবনি। মরুপ মপাংশিংনা হায়বীরকপা য়াওই রাইম তাহনবা ঙমগদ্রা হায়না। হোৎনরবদি করিগী ঙমদনি। অদুবু পেনা শৈহেক্তা চৎপনা রাইমগী তঙাইফদবদু উরক্রে, মীনসু কয়া তৌনদে হায়দুনা রাইম ক্মিমসিমদি ঐ হোৎনজদ্রে। মরুপ মপাংশিংনা অৱাংপা অমনি শোয়দনা হায়রগনি।

অদুগা পরেং ১৬ না শারিবা অসিদি থোইদোক্লা তঙাইফদবা ওইনা তৌরুবা নত্তে। ক্যাট্রেন মরি মরিগী ভাবতা পরেং ১৪ গী সোনিট ওইরক্লিভৈদা অঙনবা কবিশিংনা শিজিন্নরম্বা মওংদু লৌরুবগী ৱাদনি। মসিনা ওড অমমম ওইবদসু চপ চায়।

অরোইবদা হায়জনীংবা ৱাফম অমনা শৈরেং অশাংবা অসিগী মনুংদা খুলগী ওইবা, লমদম অসিগী ওইবা মিং, মফম, পোৎ খরা য়াওবনা মখোয়গী এনোটেসনগী মওং অমমম পীদবা য়াররোই খল্লুরে। অদুনা শৈরেংগী মতুংদা গ্লোসরিগী মওংদা পরীং অমা ময়াম্না পাবীবদা লায়না লৌশিনবা ঙম্নবা পীজরি।

ঙসিদি ঐনা লুনা অমদি নুংশিজনা লৌজবা লমগী উচেক অমদা নুংশিনা শৈথাজবা 'চেক্লা অমদা' হায়বা পাওমেন-শৈরেং অসি ময়ামগী খুত্তা শিন্নজরে।

ঐগী মরুপ ডা: এম: প্রিয়ব্রতনা কুপ্না শোয়দনবা শেন্নবীখি। ম্রুপ্ট ওইনসু কুপ্না পাবীখি। মরুপকী লমন ঐনা ওম্থোক্লা চাউনা তোল্লবনি।

**তৌবুল,**

**মে ১৪, ২০০৩ ইং** **সলাম তোম্বা**

# ব্রাঞ্চ পরিষদকী মাইকৈদগী

ঐনা খ্বাইদগী নুঙাইবা পোকচরিবদি ১৯৯৪গী ফেব্রুয়ারিগী তাং ১৩, নোংমাইজিং নুমিত্তা লিংখৎখিবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চসিগী ওইনা ফোঙখিবা লাইরিক সুপ্নগী অমত্তং মিং পল্লবদা 'মোৎলে মীওইবা' কৌবা সচীকুমার খ্বাইরিআগীদু নত্তনা অমত্তা ফোঙদোকপা ঙমদ্রিঙৈদা ঐখোয়গী বিষ্ণুপুর মসাগী প্রসিডেন্টসু ওইবিরিবা শ্রীসলাম তোম্বগী শৈরেং লাইরিক 'চেক্লা অমদা' হায়না মিংথোনবা অসি পাঙদ্রবী ঐনা সেক্রেটরি ওইজবা চহীসিদা ফোঙবা ঙমজবসিনি। ওঝাগীদি হন্দক ফোঙলিবসিগী মমাংদসু লাইরিক অহুমদি ফোংখ্রে। হন্দক ফোঙলিবসিনা ওঝাগী মরীশুবা লাইরিক্লি। ওঝাগী হান্না ফোংখ্রবা লাইরিকশিংদি (১) থাজগী অমম্বা নাকল (শৈরেং), (২) নুংশিদবগী মচা (ৱারীমচা) অমসুং (৩) চিত্রকার (উপন্যাস) হায়বসিনি। বিষ্ণুপুর মশাগী ওইনবু ফোংলবসু লন্নাইবু ওইনা ফোংলবসু ঐনা খ্বাইদগী পেঞ্জরিবদি সাহিত্যগী লমদা শোখহৌরবা মাইকৈসিগী ওইনা ওঝানা লাইরিক কয়া পুথোকপীদুনা হৌরক্লিবা নহারোলশিংবু য়াকাইহনবীবসিনী। মতুংদসু ওঝাগী অতৈ লাইরিকশিং পুথোরকখিনি হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি। লমদম সোমগী মীওই কয়ানা সাহিত্যগী ওইবা লাইরিক ইবিরক্তুনা ব্রাঞ্চ পরিষদকী মিংদা ফোংবীরক্কনি হায়বগী আশাসু থমজরি।

অরোইবা ওইনা ঐনা পাবিরিবা, নৈনবীরিবা পুম্নমকী মফমদা ওঝাগী 'চেক্লা অমদা' কৌবা শৈরেং লাইরিকসিবু পাবিদুনা অফ-ফত্ত নৈনবিনবা শিন্নজরে।

বিষ্ণুপুর
তাং ৭/৬/২০০৩ ইং।

পিঐচ ব্রজমুহিনি দেবী
সেক্রেটরি
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর মসা।

# তৌবুল খুঙ্গং অমসুং অকোয়বগী মেপ

## (স্কেল নংত্তে)



১

লমগী চেক্লা নুংশিবা ও ক্রোল্লাউবী ! নহাকপু
ঙসি ঐগী মঙলান্দা চেক্লা নঙবু উরম্মী।
ৱাংল পামেল উজাউদা নশা তন্না খপ্পুনা
নঙক ৱাংনা থাঙ্গৎনা খোংলম্মীদো ক্রোকক্রোকপু।
মঙলান্নেবু খঙঙ্ভুদা হরাউরম্বা কয়া ঐ
খোম্লেন মঙবু মঙফাওন অহীং চীক্ল তাংলৌসে
তারি নাবু থাঙ্গৎনা খোংলকপদি লৈত্রেদো।
উখিদবা কুইরেদা কদায়দবু লৈপ্পবা
কাউব কৌদি লৈতেদা কাউসু কাউরোই ঐহাক্লা।
নশক কৌবা উদ্রসু চেক্লা নঙনা লাক্রুসু
কাউদে, কাউরোই কৈদৌনুং ঐগী থৱায় লৈরিঙৈ।
নঙদি ঐগী মরুপনি হৌমিন কামিন চাউরকপা
নঙনি ঐগী তালয়েবা মতম কায়দ খোংজবা
ৱাংল-চাউর হৈবোংথক অহিং নোংয়াই চবুক্তা
নখোল নুংশি শৈহেক্তা ঐবু হৌরো খোংলম্বা
নীংশিংলকই ঙসিসু তাংলৌ লয়না খেঙসিদা।

## ২

**ওসি** নঙবু নীংশিংঙৈ ইরগেকো শৈথারোল
ইরমদনা শিগ্রবা তোলহৌরনি লমনবু
উগনিসু থাজদ্রে মরুপ নঙবু লমকোয়বা।
কুইরে নঙনা লাক্তবা হিংবা শিবা খঙদরে
নঙনা লাক্ত’ থোক্লসু পাউদম্লম্মি ঐহাক্তি
পঙ্খৌ খোঙ্গুল লীরক্লা তাসনুকো নচানা
থম্মোয়দগী থোরকপা ঐগী চন্ন শৈথারোল।
হেন্না হায়রোই ঐহাক্লা ৱাংনা তম্লোই অমুকসু
শিরম্মিদি থাজদে লাইনা চানবা চেক্লানি।
মেরা য়ৌরে নীংশিংই নখোয় অনী পাইরক্কাল,
পোয়নু য়ৌরে মকাউদে নচা অনী কোকপ কাল।
কালেন য়ৌরে মনুংশি নখোয় মরি পাইখি কাল
কমদৌনবু লাকপনো হেক্তা খোংলৈ কুমগাংদা
অঙাং পূম্বা হরাওনৈ নঙগী নখোল তাব কাল
অহল পূম্বা মশোন্নৈ থরো থাংজিং তাউরনি।
নুংশি নুংশি চেক্লা ও! কাউবা লৈরোই কৈদৌনুং।

## ৩

**চেক্লা** নঙবু খোনফবা ! হৌবনিদা নখোঞ্জেন
হৌবৈ মতীক নুংশিদা নুপা খোকপা খোনফম্লি।
চেক্লা নখোল তারগা থম্মোয় খংচাউ চাউবনি,
নুপী মানবী মখোঞ্জেন মৈচাক ফাওবা মপাউখোল
কোকিল শৈহেক শৈনৌবা পামদে চেক্লা পামজদে।
নাহে' মানবা পিনৌবা তা-র তা-র কপ্লিংবা
তারোই খঙনা মকৌবা খঙবা নত্রা পি-থাদোই।
চেক্লা পামদে পামজদে মখোয় 'মতা পামজদে।
নঙগী হৌর' খোন্থাংদি লৈবাক পূংজাউ থীনবনি।
শিনলম শিন্থা তাকপনি য়াহৌ ঙল্লু লাউবনি
য়ুথক খুদিং খোংদুনা মতম খোঙচৎ উৎপনি।
হিপ্লে নুপা য়াহীপ্লি শূরে নুপা খুৎশূনি।
থম্মোয় চাউবা নহাক্লি পুকচেল ফবা নতৌনি।
খঙদে চেক্লা খঙদেকো পঙনুং' নুংশি নহাক্সি।
তাইবঙ মীগী ফিদম্লি চেক্লা নতৌ ফজবা।
করম কাউনি নহাকপু কাউরোই চেক্লা কাউরোইকো।

## চেক্লা অমদা

### ৪

**তাউকো** চেক্লা হায়গেকো  নঙগী খোনফম অহৌবা
পঞ্চজন্য মোইবুংনি  মরোল অহুম তারম্মি
নঙগী খোনফম অমদা  থরো লেম্ফু তাউবনি
নঙগী শাফু অমদা  লৈশ্লে ঙাবু নীকপনি
নঙগী শউম তাবদা  চোংঙা শেন্দাং লাঙখিদে
নঙগী খোঙনেৎ ফংবদা  উশা উরাং নোম্বনি।
পাখঙ নাউরি কৈদৌনি  নতু নাম্ম তৎঙমদে।
নখোয় অনী তোংবদা  নমাঙ' কাকপু লানঙমদে
চেক্লা লক্তে অথোইবা  ফজৈ ফজৈ নখোয়নী।
ঝাত্তে হেন্দে অমনা  লাইনা থাব জুরানি।
নোংলৈ নুংশিৎ অকনবা  নহুম পোঞ্জেল হুমঙমদে।
নুংশিৎ মাইরম খঙজনা  চেকশিন থৌরাং তৌজেদো।
উজোম লৈবা কনানা  নোংজু নুংশা খাঙনবা
উয়ূম চাউনা শাগুম্মী  ইঙা নোংজু অকনবা
নশা মরি ফন্দুনা  নখোয়নীনা ঙাকচৈদো।
শিংই শিংই চেক্লাও !  পুক্লিং খৈনা পেল্লিকো।

# চেক্লা অমদা

## ৫

**ব্রাশক** চেংপী চেক্লানি  তোংফম কৈশু কাউজদে
লাইগী বর ফংবীনি  লাইগী উমং তন্নকই
কাকয়েল মচৎ লৌজদে  লঙজা মতৌ তমজদে।
চাউর নঙগী শক্তম্মা  পুকচেল ফবা উৎচৈদো।
অমুবদা লাংবনি  অঙৌবনা তম্ফা ওই
শাংল নঙগী নঙক্লা  ঙৌনা লাংন থাঙ্গৎচা
হৈবোং মতোন তোংবদি  পকচবনি ওম্হোক্লা।
কাউবা ঙমদে চেক্লাও !  ঙরাংগীবু ওইরিদো
চেক্লা নঙনা লাক্রুসু  নঙগী মায়কৈ য়েংলিয়ে
ঐগী খোঙ্লেন মঙলান্দ  লাক্লম্ববু নহাক্লা
চেক্লা অৱা' তাবরা ?  হেদো নাহে চনবরা ?
নুংশি হৈত শাদানবৈ  থৌর তেন্না পানবরা ?
লৌনম চাউবা কনাগী  অনেৎ লাংদ থুবরা ?
নঙগী শাংল নশানা  কনবা য়াব কল্লসু
থদৎপবু ঙমজদা  মরূপ ঐবু নীংশিংলক
তোয়ন তোয়ন খোংবরা ?  লৈতাদরে ঐহাকপু।

# চেক্লা অমদা

## ৬

**চেক্লা** নমীং খঙজদে ক্রোক ক্রোক খোংই "ক্রোক্লাউবী"
চেক্লা লৈফম খঙজদে সাইবেরিয়া মহায়নৈ।
কয়া লাপ্ল লাকচবা অথোইবদি লমকোয়বা
থা তরুক্কী খোঙচৎনি নঙনা সিদা লৈরম্বা
নপাং ময়াম পুরক্তা চেক্লা পূংবা লাকপবু
অরোন অথুপ লৈবরা শানৌ মাগী মহাকথক
চঙলে চঙসি ব্লাশক্লা শিরে শিসি তেমশীংনা
সাইবেরিয়া থাদোক্লম হিমালয়সু মরাল্লক
লোৎফম চাফম মরৈতা মথঙ অমুক মপাইরক
লাইমতোন্দা মথুং-ল সনা লৈবাক মউরক
ব্লাংলেন পুংজা খরবু নে-বু তানা পোখাজ
শাবী শানৌ চিল্লোক্ল চীংজুম লাইজ থকমিন্ন
নীংথিরবী তম্পাক্লে নখোয়নীনা কল্লকচা
লোক্তাক ঈপাক উবদা নতু লিশীং মচুংলক
মিংকুপ অমা পনঙমদা নকোল শাফম ময়েংলক
লৈচিল খেৎনা পাইদুনা য়ৌরকখিবা নত্তরা ?

# চেক্লা অমদা

## ৭

**শোরারেলগী** মশাইকোল তৌবুল কৌব ইখুলয়ায়
শুক্ল উমং অমদা হৈবোং মাবু মউরক
উয়ুং হৈনৌ কয়ানি পলবু শানা ঙাক্লিবা
হৈরুকোকথোং উজাউনি খোংনাং তরু পাম্বীনি,
ব্রাপল উপল মংবীনি লৈহাউ লৈরেল শাৎপীনি।
নাগেশ্বরসু য়াওরেদো চিনিচম্পা লৈরেদো
হৈরাংখোয়না কয়ামা লী পাম্বীনা উরী ওই।
নুমিৎ মঙাল ফাওদলম মালং শউম চঙদলম
নোংলৈ নুংশিৎ থৈনলম কালেন নুংশা খঙদলম
অহীং মকু খোংনলম চোংঙা শেন্দাং শান্নলম
চীংগী হরি য়ৌরক্লম ব্রাব চেক্লা চাক্তালম
তিঙ্গোং কাঙ্গোং মশাইকোল ক্বাক্বী লানবাউ চেন্নকোল
উরোক শঙ্খু তাবকোল শেকপী ময়াম য়ানবকোল
কাউরেল শল্লুপ লেক্লকোল তাইবং মীনম তাদকোল
খুন্দাঙৈদৈ লৈরককোল লাই তুরেলনা ঙাবকোল
তোমথিল লৈবা উমংদা য়ৌরকখিবা নত্তরা ?

# চেক্লা অমদা

## ৮

**চেক্লা** নঙনা লাক্লিঙৈ লাইগী উমং পূন্নাংনি
তিঙোং কাঙোং খোংইদো কোকিল কুহু তশ্মিদো
তেনবা শঙ্খু তোংইদো কাক্কী লানবাউ চেল্লিদো
খোইনীং চরোই কয়ানি চেক্লা জাৎপু শুরেদো
মতাং চানা তাম্থাইদো হংচ্রোক মাগী মখোলনা
লাঙব তাদে উতুবী তোকতোক তোকতোক হুৎচৈদো
শানৌ মাগী ঙাইরিদো চাগোক মতম য়ৌরকঙৈ।
চেক্লা নঙনা থুংলকাল লাঙব পূম্বা তোকখিদো।
ইমুং অহল লাক্লগা মখে লাংব ফগুম্মী।
ব্রাংদৈ ব্রাংব হৈবোংদা চেক্লা নঙনা তোংলগা
উমং কোনবা শোরারেল হন্না হন্না খুরুমজা
হীরি কোন্না লাইনীংজা য়াইফ থৌনি পাঙথোকচা।
লোক্তাক ঈশা মাপলদা নঙগী মিৎয়েং শাংখৈনা
নহুম করম শাশিগে শানৌ মাগা তান্নজা
খনবা য়াব খল্লগা নথৌ শিম্বা পাঙবনি
ব্রাখল লৈবা নতৌনি য়েংবৈ পেনবা নাইখিদে।

# চেক্লা অমদা

## ৯

ও! চেক্লা ও নুংশিবা   ঐবু করম কাউসিগে
য়ৌরকপগা নকোল শা   নশানৌবু লেম্ন থম
নখোঙ অনী নখুৎ ওই   চাউর উশা লায়ন থেক
পাত্তৈ চোঙ্গাং তনখোমখোম   কম্বোং মনা তনচেন চেন
পোত্থাববু লৈখিদে   অহীং ৱানি খঙজৈদো
নীনি ফাদে লোইজৈদো   কয়া নুংঙাই য়েংবদা।
ফিজেৎ ফিগায় হূদবা   অশেং অমাং খায়জবা।
লোক্তাক পাত্তা চাক্তাব   খরায়দগী লাক্তব
চাব য়াব চারুরা   নুমিৎ মানা চায়রকাল
পাইরকইদো খোংন খোং   ঐবু লাক্লে মতাকচৈ
ঐগী শুমাং লাল্লকপা   কৌজৈ ঐনা, ক্রোক্লাউবী;
নঙনা উদা তোংল কাল   য়েংলকখিদো লুরাক্লা
ঙরাংদৈবু থৌদোক্কুম   নীংশিংলকই ঙসিদা।
নুংশিরকই মরুপ নঙ   উখিদবা কুইরেদা
নঙনা হিংলম থোক্লবা   লাকউগবা অমুক্তং
থম্মোয় পেন্না পাউদমগে   মতুং অমুক লাক্রসু।

# চেক্লা অমদা

## ১০

**কাউব** ঙমদে চেক্লাও!   লীগে ঐনা ব্বারী'মা
নশানৌনা নাউয়েক ফং   মরুম অনী কোকপ কাল
কয়া ব্বাজৈ নহাক্লা   মৈনীং কৃম্বী মহাক্কী
খুবৈ অমা চংহন্দে   নঙনা লোইনা পুরকই
চাউর শাংল নখোঙনা   পোরোম অমা কন্না চপ
নকোল য়ৌনা পোরকঙৈ   নয়ূম য়ৌরে কোম্লুবা
পোরোম মানা তারকপা   ঐনা তনচেন চেনশিঞ্জ
চেক্লা নঙবু মূনা য়েং   পিখৎপদি ঙমজদা
নঙনা অমুক মপাইখি   থুনা অমুক পুরকই
অঙকপনি চেক্লা নঙ   য়েংবৈ পেনবা নাইখিদে।
তুমিন্নবু পাইদবী   নখোন্দুনা মোইবুংনি
তাদববু নৈরম্লোই   উচেক পূম্বা লোৎচৈদো
লঙজা মানা কৈদৌনি   মিহুল চোংনা খাঙজৈদো
নঙগী লম্বী থৎঙমদে   কাকয়েল শোরাৎ মাঙখিদো
লোক্তাক পূম্বা নঙগীনি   অহাউবদা চাবীনি
নীংশিংলকই ঙসিসু   তাংলৌ লয়না থেঙসিদা।

# চেক্লা অম্যদা

## ১১

নীংশিংলিব্রা লমকোয়বা! কুইরবগী যৌদোক'মা
শার-নুংশা খাঙনঙৈ ঐখোয় ময়াম শান্নঙৈ
লাউইদনা ঐখোয়না হৈবোং চাগে, "ক্রোক্লাউবী"
খঙবু খঙব্রা নহাক্লা নশা কন্না ফুরন্না
লোক্তাক মায়কৈ মপাংখি হৈবোং ময়াম কেলহৌই।
কাউব ঙমদে মরুপ নঙ কাউব ঙম্লোই শিদ্রিফাও
ইরি ঐনা শৈথারোল মরুপ লমন শিংনবা।
কাউরব্রা নঙ ব্রা'মসু নোংমা নুমিৎ তারমদাই
চাউর-শাংল নচা'মা পাইবা তমগে খল্লুব্রা ?
তারকপদাই লৈখাদা ঐনা কয়া ব্রাজখি
কৈরাক থুনা থাদুনা ঙম্বা মখৈ কাখৎপা
থাঙ্গৎনবা হোৎনবা ঐসু য়ৌবা মঙমদা
নঙগা ঐগা মিৎচানা লৌখৎপসু ঙমজদা
নঙসু কপখি, ঐসুনি কৈশু উপাই লৈখিদে।
নচা অমা মাঙজখি নখোয় অহুম মহনখি
নুংঙাইখিদে নহাক্লা হল্লকখিদ্রে কুমদুদৈ।

# চেক্লা অমদা

## ১২

ও! ফজবা চেক্লাও!  নঙবু কৈদা লৈখ্রবা
নচা মাঙখি মফমসে  লৈররোইবু খনবরা ?
দাল পাত্তা লৈবরা  চিলকা পাত্তা তাবরা ?
নঙনা ফনা চৎলসু  তৌবুলবুদি কাউরল্লোই
ব্রারীরম্মি নহাক্লা  পাউদম্লম্মি তত্তনা
কাউনু ঐগী ইখুঙ্গং  নঙবু লুনা তৌবনি।
তৌবুল খুলগী মপাউবু  কংলৈপাক্কী ব্রারীবু
মালেম থুংনা শল্লেদো  চেক্লা নঙগী নপান্না।
নীংশিংলম্মি তশেংনা  তম্পাকসিগী ফজবা
চীংয়া তময়া পূমশং শং  লৌবুক লমহাং মফজা
কছারীনা নিমগুম শং  হঙ্গাম মপাল নাপু শা
হব্রাই থরাক মপালনা  মচী মচী মনৌজা
অথুমপেৎনা কোঙ্গোল থিল  ফুনিল মপাল লৈরোং হক
নঙ লাক্লনি মতাগুম  হৈরাং লৈরাং শাৎচখি।
নঙনা চীংদোল লাল্লক্লাল  অব্রাংবদৈ য়েংবকাল
নঙ তশেংনা পেল্লম্মি  তৌবুল হেক্তা উরম্মি।

## ১৩

**চেক্লা** নঙবু লমকোয়বা নঙনা মালেম কোয়বদা
ঝারী শিংবুল নুংঙাইজৌ ঝারম খরা হায়গেকো
লাইগা মীগা শম্মৈ কোঙ্গৌজমগী তম্ফানা
মপাম লমদম লাকপকাল তাইবঙ চিঙ্গাক চারুঙৈ
নোংদোন নিংথৌ শোরারেল সনা কৈরাক শৎপকাল
খোরিফাবা মচানা শিথ শিথ কপ্পকাল
লাইয়াম পূম্বা কৌদুনা করি তৌসি খন্নকাল
মোইবাং থাংজিং কোইরেল্লাই মানা য়োক্লি পুরক্কাল
খোবিফাবা মহাক্না শঞ্জেল শলঙাক ঙম্বকাল
মমা মাবু নুংশিরক পলেম খোঙ্গুল লীবক্কাল
মরুপ মপাং লোযননা তৌবুল লমদম য়ৌরক্কাল
ফজ’ লম্লি হায়দুনা অহিং অমা লেকপকাল
পলেম থিবা লাক্লগা তৌবা ঙম্মী লৈথোকপা
তৌবা ঙম্বা মখেবু পুল্লপ পূন্না লৈবমফম
খুঙ্গং সিগী মমিংদি ‘তৌবুল’ হায়না কৌসিবা
অসুম হায়না লাইয়াম্না মমিং থোক্লি হায়নৈদো।

## ১৪

’সিনা লোইদ্রি চেক্লাও! খবা মুন্না খঙউকো
ৱাবী কয়া লীনবি চিন্থাঙ য়েনা শোন্নবি
তম্বা নুপা অমনা তালোয লৈমা অনীগা
খাবি লৌবুক অদুদা যোৎলৈ লৈশা কাঙবকাল
লৈমা অনী থনম্লা তাম্লা লৈবা পাম্লৌদা
খোংদ্রুম মাইবেল য়েংববু তম্বা মানা চৎখিঙৈ
তালোয় লৈমা অনীনা তাম্লা তাম্লা শূনঙৈ
তালোয লৈমা অতোনবী মশা ৱাইসু শংদবী
লৌবি কাচিল অমদা লৈবাং অমা শাৎলম্বা
নূবা তন্না হেক্তুনা নাপ্প পক্লা চিনজঙৈ
লৈমা অহল ফত্তবী শাবী মানা যৌবকঙৈ
শেবান পাংখৈ তমদুনা মাঞ্জ খুদোন্নী হাযবীবে
লৈমা অহন ৱাচানা শিবা মখৈ ফূবীবে।
লৈবাক নিংথৌ যৌনবে ৱাবু চাউনা থোকপকাল
তম্বা নুপা অদুবু খুৎপু পুল্লে তৌবানা
তৌনা পুল্লি হায়বগী তৌবুল কৌখি হাযনৈদো।

# চেক্লা অমদা

## ১৫

**হায়গে** চেক্লা অমসু খঙবৈ খঙব খঙউকো
খুমন নিংথৌ মচাঙাক মচীন মনাও অহুম্নি
পলেম্মা পীবা লিক্লাং 'মা পালি নাইনা শিনৈকো
মনাও খ্বায়গী অতোনবা মাগী পালি তাবদা
খ্বায়গী অহল অদুনা লিক্লাং অদু শিরগা
চোথে খুলবু হরাউবা মনাও য়াইমা লোয়ননা
নোংমা তন্না চৎখিঙৈ অশাউ মৈনা চাকপনা
মনাও খ্বায়গী অতোনবা লিক্লাং থল্লোই ব্রাশক্লা
থাঙশাং পায়না লুম্লগা লিক্লাং মাবু ককপকাল
অহল অদু শিরগা য়াইমা অদু চেনখিকাল
খুমন মোইরাং মুন্নরে পুনি পুনি খৎনরে।
লাইগী শাক্তি য়েংনবা তৌগী মপুল মৈথারে
মৈখু চৎপা মায়কৈদা য়াইমা চৎপা তারেদো।
মৈখু খাবু পাংখ্রেদো মোইরাং মায়বু পাক্লেদো
চাদা নাউদা লৈখিকো খম্বা খম্নু শুথাংনি
তৌগী মপুল থাখিবে তৌবুল হায়না কৌখিদো।

## ১৬

**চেক্লা** নঙবু নুংশিবা অমা অমা ওইরসু
তৌবুল হায়না খঙনরে লাইনা থাবা লমদমনি।
থৌদোক থাথোক কয়ানি শাক্কি ওইরি ইতিহাস।
তৌবুল লানফম তাবরা ? তৌবুল কৈফা খঙবরা ?
কুলি লানগায় য়ৌরকখি জাপান লানসু শোক্লখি
মচা খায়না লীগেকো শানোং' হিগায় থারীনি
শানোং' হিগায় থারীনি খাগেম্বগী হাক্তক্লি
লবঙ্গ লতা পুদুনা কাছাব তমখ্রে শানোংবা
ময়াং লাম্মী খোমদুনা লমন খুম্বা লাকখিদো
মনাও 'বুংঙো খ্বাইবাকপা তৌবুল লানবন শেমখিদো
পলবু চাউনা তাখৎলা মাযোক য়ারে শানোংবা
লবঙ্গ থবায় থারেদো তন্না ফারে শানোংবা
তৌবুল লানফম কাউদবি ময়েক লানা ইরিদো।
ঙসি লৈরি খ্বাইবাকপল মতম মানা হৌগ্রসু
চেক্লা নঙবু খঙউনে হয়েং ননীং থুংলক্লোই।
থৌদোক থাথোক খঙবদি অহে শীংদা চনবনি।

## চেক্লা অমদা

### ১৭

**চেক্লা** নঙবু নুংশিবা  ৱারী মখা লীগেকো
তৌবুল কৈফা পাউদমগে  থম্মোয় হীক্লা ৱারীনি
জাপান লানবু হঞ্জিল্লক  লৌউ শীংউ হৌনরক
লমদা থাশি নুমিত্তা  লোংজম শাগে পিবারেল
ৱাংল চাউর অহল 'মা  কাওরেল পাবোৎ মাঙদ-থা
লাঙ্গোল তন্না পানশিল্লা  য়োৎলম ঈরম ফাৎপকাল
যাংদৌ লৌরি মথক্তা  শাগী খোঙ্গুল মউবক
অসুম থোকউ তম্বনা  শাগী খোঙ্গুল তুংইল্লু
চবোৎ হাবুং অমদৈ  পাম্ব মানা চোংথোক্লক
চেনফম লাকফম খঙজদা  অহল মানা পাখৎঙৈ
চেগপ চোংবা অথোইবা  পাম্ব কৈরেল কৈজাউনা
পাম্ব য়াখা থাদুনা  অহল থৱায় থাবকাল
লৈবাক নিংথৌ লাক্তুনা  পাম্ব মাবু কৈবলচল
জাৱা লমজাউ মরক্তা  পাম্বা মাবু হাৎখিদো।
খুদুপ তবেৎ শাংলমখি  তাঙনা থোকপা থৌদোক্লি
চেক্লা নঙগী পম্খৌনা  ৱারী অসি লীরকপ্রা ?

## ১৮

**চেক্লা** পূক্লিং চঙঙুকো খঙবৈ খঙবা খঙখোকো
নঙনা লৈবম লমদমগী ৱারী ৱাখোঙ খঙবদি
চেক্লা নগুণ হেনগনি কুলি লানগায় তমগেকো
অনীশুবা লাঞ্জাও নুং জাপান লান্না মৈৱায়রক
ভারত মচা অমতা ব্রহ্মা লৈবাক লৈঙমদা
ময়ূম মাইকৈ মপাংলক সনা লৈবাক মফাওরক
তোংজৈ মবীন মতম্লক খুমন য়াঙবী মতুংইন
তৌবুল খুলবু ময়ৌরক খোঙনা লাকপা কযানি
খাউবু শানা খর'মা দোলাই থক্তা কয়ামা
যূমথোঙ খুদিং পৈববে লেকফম চাফম পীখিদো।
ময়াম অমুক চৎখিদো লোইবী চীংদোন লোমখিদো
অদুবুনে চেক্লা ও লাইবক থীবী অমদি
সনা হকচাং ঈরিরক মাগী কনা লৈজদা
তৌবুল খুলগী খুলয়াইদা হেদো নাহে মচল্লক
য়াইবী থৱায় মাঙখিদো মাগী মঙফম লৈরিদো
চেক্লা নঙবু তাববা মিৎলু পিরাং ঈহৌদ্রা ?

# চেক্লা অমদা

## ১৯

**চেক্লা** নহাক ৱারৌনু ৱারী সিনা লোইরগে
জাপান লানগী ৱারীনি অনিশুবা লাঞ্জাওগী
কুলি লানগায় কাইনথঙ চৈরাওবগী নুমিত্তা
খুঞ্জা পূন্বা লাঞ্জেনখি খুল্লক লৈরক লান্মীঙাক
বোমগী নোংবু মচুরক কল্ল লাল্লোং মরক্তা
মালেশ লান্মী কাঙবুনা অহল অহুমসু ফাখিদো
লোইদাম থাবুম অহুম্বু লৈনুং জেলদা থমখিদো।
জাপান লান্মী তেংবাংবৈ কল্ল দন্দি পীখিদো।
জাপান লান্মী মঙানা চাকপু থোংবা হোৎনৈঙে
বৃটিশ লান্মী কয়ানা মখোয় মঙা কোয়শিল্লক
মখোয় মঙা চেনখিদে কোম 'মদা লোৎলগা
নুমিৎ চুপ্পা কাপ্পখি থৱায় থানা লানশিংখি
চাগে খন্না থোংলন্বা চাকসু মৈসু মুৎলমদে
ঙহাক থন্বা কোটতুসু অদুম য়ান্না লৈরম্মী।
কনা অমা থিরদ্রি 'জাপান কোম' বু হংলদ্রি
চেক্লা নঙবু কাউগনু ঐদি কপ্লি মখোয়গী।

## চেক্লা অমদা

### ২০

**চেক্লা** করি ৱাখল্লো নোংমা নঙনা উতোন্দা
মায়বু নোংপোক ওন্দুনা তুমিন ৱাখল তৌরম্বা
চেক্লা চিন্তা পুবরা পাৎশা ময়াম য়েংবরা ?
অদুই ৱাবু ওইরদি চেক্লা শেংনা তাক্কেকো
খাবু পাংনা চেল্লিবা কোইয়েৎ ফিশাং মাল্লিবা
তুরেল অনী অদুনা য়াঙ্গোই তুরেল কৌবনি
মদুই ৱারী লৈরিকো লুখ্র' লাইজ ঈচেলনি
মীগা লাইগা শম্নগৈ মোইরাং থৱান থাবনা
থাংজ মাপল চঙনবু ৱাশক পন্দোম লোম্নবু
লোঙশা মাপল চনশিল্লা খুত্তা লোঙবু পায়দুনা
লোক্তাক পাত্তা মরৈবা মীনম তাব য়াদবা
তুবী লাইরেন অমবু হাৎকে হায়না তানখিগৈ
লাইবু ওইবা মহাক্লা তুরেল মরিল চেল্লক্লে।
লাইনা চেনবা ঈরম্লি কিনা খংনা লোইনৌকো
লাইফম তিনফম য়াম্বনি খোঙনা খুৎনা শোক্কনি
শানৌ মাসু হায়য়ুকো তুরৈ ঈরৈ চেনগনি।

# চেক্লা অমদা

## ২১

**মথণ্ড** অমুক হায়গেকো   চেক্লা মুন্না খণ্ডজিল্লু
তুরেল অনী উনফম   কারোং হায়না কৌবনি
লুদৈ লুবা লাইফম্লি   চখোক চৎশিল খুরুম্মু
লিক্লাং ব্রাথোক নীংশিংঙু   মণ্ডক কেল্ল’ ময়াম্বা
শমু হুকচাং তুথরক   হায়নৈ করাঙ তাফম্লি।
ওয়দা লৈরে কোকপাৎসু   মাগী কোক্লা তাখিফম
নক্লা লৈরে খুৎলাকপাৎ   মাগী খুৎনা তাখিফম
তুংদা লৈরে লিক্লাই’রোং   লিক্লাং অদু তাখিফম
’য়ায়দা চৎপা লম্বীনা   খুমন য়াঙবী কৌবনি
য়াইথিং কোনু মহাকথক   কাওবা মানা থোল্লম্বা।
নুরা য়াইথিং কোনুনা   শাবী মাঞ্জ হাওবনা
য়ারৌ শাবু শাদানথৈ   কাওবা মাবু ফুরকথৈ
লৈবা য়ারোই খন্দুনা   মপাম মোইরাং তম্লকথৈ
মচা পিক্লা অনীনা   অহীং লোন্না চেল্লকথৈ
য়াঙবী সিদা লাকপনি   মুৎপা য়াদ্র লম্বীনি।
নঙনা লাকপ থোক্লবা   চেক্লা লোইনা য়েংঙুকো।

# চেক্লা অমদা

## ২২

**অসি** ৱাবু পল্লগা   চেক্লা! থম্মোয় পেৎলকই
কুমজা কুমজা খুদিংগী   পেনা চজিং লেনবনা
শৈহেক শৈথা তাল্লোইনা   কয়া নীংথি শক্লিবা
কোনু কৌবী নীংথিবী   য়েংবৈ পেনবা নাইদবী
নুরা শন্নাং নীংদু য়ৈ   নুংশি মকা য়ৌনবা
শদৌ থোংনা চেল্লকঙৈ   খুমন য়াঙবী তুবৎ শম
তৌবুল লমদম তন্ন-য়ৌ   থরোৎ লমজাউ খোঙনেৎনা
লমাংদোংবু তুংওইনা   মোইরাং লৈবাক য়ৌখিদো।
থোইনু কৌবী মচাসু   পলেম য়াৱা তুংইন্না
মদু নীংথৌ নমদা পো   পলেম খোঙ্গুল লীরক্লা
খুমন য়াঙবী তনশম শম   তৌবুল খুঙ্গং তনয়ৌ য়ৌ
লমাংদোংগী খুঞ্জিন্দা   পলেম মানবী অমগী
মশাইকোন্দা নোংমা লেক   মোইবাং লৈবাক য়ৌখিদো।
লাংওন শায়োন মরক্তা   মুৎপা নাইদ লৈরিবা
হাওবা কোনু ৱারীগা   তৌবুল খুঙ্গং অসিগা
তৎন-থান লৈতনা   লৈহৌরনি চেক্লা ও!

# চেক্লা অমদা

## ২৩

ও! চেক্লা পুকফবা ! থাগদবা ব্রাৎলিদো
ঐনা হেন্না হায়বরা ? চেক্লা নঙসু মখল্লু
ফজদ্রনে লমদমসে য়েংলু য়েংলু খুদিংদা ?
নঙগী শাংল লম্বীদা 'সিগুম্ববু উবরা ?
হৈনৌ মপাল কয়ানা উতোন ব্রাতোন পূমনৌ নৌ
লোক্তাক পাৎনা মিংশেল ওই হানৌনবু ফিবাল চল
নোংমাই চীংনা নাখল ওই কোরৌ মশেক শাম্লম
কৌব্রুদগী শিৎলকপা লিরি নুংশিৎ পাক্ল শল
ই'ধৌ থাংজিং ঙান্নলম নোংলৈ নুংশিৎ কন্দ লম
নিংথম উনখা হেন্দ লম কালেন হুমাং শৌদ লম
চেক্লা শুনা তিনব লম লৈরাং শুনা শাৎপ লম
অব-তিতি থৌব লম খুলং ঈশৈ শকপ লম
পেনা চজিং লেনব লম খন্বা থোইবী শায়োল লম
শবোই হুম্ফু লৈব লম উমং লাইনা ঙাকপ লম
শ্বতু তকক থৌগল লম নোংজু নুংশা খায়ব লম
হায়য়ু চেক্লা নহাকপু মফম কৈদা থেংনবা।

# চেক্লা অমদা

## ২৪

**হাদ** চেক্লা নহাকপু   ইনৌ নৌরে পুক্লিংসে
চেক্লা নঙবু নীংশিংঙৈ   ঙসি থেংল' অহীংদা।
অয়ুক নুংথিল কোয়না পাই্   অহীং তাংলৌ পোখ্যা কাল
কংলৈ ব্রারী লোয়নমক   তাখিবনি চেক্লা নঙ।
পেনা শরীক খীংদুনা   ধোলোক মাঙদ থাদুনা
খম্বা থোইবী ব্রারী লী   জিলা দরবার তন্ন-শক
শৈহেক শৈদা নুংশিবা   পুংথা খুংথা ফজবা
চেক্লা নহাক কাউরম্লোই   নীংশিং নীংশিং কপ্লম্মি।
শজিবু থা কালেন থা   লাইবুং খুদিং হরাউবা
লৈজ লৈজ' শেত্তুনা   তখেল্লৈবু নাদ চিল
লৈহাউ পরেং ঙক্তা থোল   লৈমা চনু কয়ানা
য়াঙ্গোইনিংথৌ শোরারেল   ই'ধৌ অনী' লাইবুংদা
জগোয় খুংথেক কচ্চবা   হরাউ মথোই কাখিবা
লাইগী লাইরৌ লিংখিবা   চেক্লা নঙগী মাঙদনি।
মাইবী লাইবাউ তাখিদাই   লাইবৌ চোংবা উখিদাই
কুমজা কয়া হৌখ্রসু   চেক্লা নহাক কাউরম্লোই।

# চেক্লা অমদা

## ২৫

নুংশি নুংশি চেক্লাও ! পাউদমগেকো ঙসিদি
নঙনা নোংমা লাক্লবা ঐহাক শিখি থোক্লবা
ঐগী নীংশিং থৌরমদা পাউদম অসি পারবা
নঙনা তাব থোক্লবা থবায় ঐগী পেনগেকো।
ঐনা থাজে পাঙ্গলবা! নঙনা লৈরু' মফমদা
অয়ুক নুংথিল কাউরসু নঙগী নকোল য়ৌরকাল
নশানৌগা বারী শা অবা-নুংঙাই লীন কাল
লমদমদুগী নুংশিংনা নহকচাংদা য়ৈব কাল
নঙনা তৌবুল শোল্লম্মি ঐগী বারী য়াওরম্মি,
খঙই ঐনা নহাকপু কাউজন থীবা ওইরোইকো।
লাইবক থীখি' নচাদু নশানৌনা নীংশিংলক
থম্মোয় লাইজ ঈহৌরক মিৎলু পিরাং ঈবমখায়
নখোয় অনী কপ্লম্মি মিৎকী কক্লা তূম্লম্লোই।
অয়ুক য়েন্দা অঙনবা লাইজ ঈপাক তম্লম্লোই
নচীন কা-ন খোংলম্লোই তুমিন তুমিন তুম্পক্লা
ঈশিং ফাওব থক্তনা নুমিৎ তাব ঙাইরম্মি।

# চেক্লা অমদা

## ২৬

**উদ্রে,** চেক্লা কুইরেদা মওল মওল খল্লক্নে
নঙগী লমদম সাইবেরি' উন্না লৈমায় কৃপ্ন লম
চাফম থকফম খঙলক্তা নহুম পোঞ্জেল শাঙমদা
সনা লৈবাক ইরমদম য়ৌসি হায়র য়ৌঙমদা
নশা ময়েং মতাবক চহী হায়ব য়ামশিল্লক
নপুক্লিংসু মহল্লক লোইবী চীংসু লানঙমদা
চেক্লা নঙবু লৈরব্রা লৈবা ঙমদ্রে ঐহাকপু।
অদু নত্তে হায়রগা নতু নমান ইকোক কোক
নঙগী লেঙ্গা মরৈতা শানৌ মাসু মমাঙখি
কাস্পীয়ান সী মপান্দা দোন তুবেলগী খোংবান্দা
থম্মোয় কায়না তেংথানা শিসি হায়র শিঙমদা
মনা কোক্ল উপাল থক চোৎল মিৎস্না পাঙঙমদা
লোক্তাক পাৎপু নীংশিংলক করাং ঈথীং মকাউদা
থাঙ্গ হিয়ৈ মখোঞ্জেল নাপ্ল শেন্না মতাবক
কৈবুল লমজাউ শঙাইসু মশেল মরাং মউরক
চেক্লা মঙলান মঙচুপ্লা শিবা খাক্লা লৈবব্রা ?

# চেক্লা অমদা

## ২৭

**অদু** নক্রে হায়রগা  চেক্লা নঙবু নুংশিবা
মতম নুংশিৎ ময়ৌরক  নচা ননাউ মতুং ইন
কোরৌহনবা মতুংইন  নোংচুপ মায়কৈ মপাংলু
আন্তলান্তিক মরাল্লু  শিনি নানি থওইদা
লৈকোল খুদিং মচঙলু  চেক্লা নঙবু কল্লকচা
অউপ লাংনা লাঙ্গোই চল  চেক্লা নঙবু ফাগ্রব্রা
শারং পুন্সি ওইনবু  চেক্লা নদোম লৈরব্রা ?
খুৎশেম চিঞ্জাক মপিজা  শিদে খাক্লা থমগ্রব্রা ?
খঙনীংগ্রেদা ওন্থোক্লা  ঐবু করম লৈসিগে।
ঐগী ঙসি মঙলান্দা  চেক্লা নঙনা লাকপবু
নুংশি লমদম ইরমদম  কাউব লৈতে হায়নবু
নঙগী থবায় মঙানা  ঐগী মঙদা তাক্লব্রা ?
নঙনা লাক্লা খোংববু  য়ানা লেল্লি তাকপরা ?
ফনা লাক্লিং লৈরসু  উপাই লৈত্রে মতাকপ্রা
হন্দক মপোক অসিগী  বিদাই লাপ্না লৌবরা ?
খঙনীংলক্লে ওন্থোক্লা  চেক্লা ওইনা পাইনীংলে।

## ২৮

মসি নক্তে হায়রগা  চেক্লা নঙবু শাফবা !
ব্রা-ন ঙাইব মেরা থা  মতম মানাময়ৌরক
চেক্লা চাকঙন চাদুনা  কংলৈপাক্কী মঙলান্দা
নোংপোক মায়কৈ ওল্লকপা  অসুম শাখপ তোয়রকপা
শানৌ মাবু ওইদা থম  লোক্তাক সি-দ য়ৌনবা
হৌখি ব্রারী শান-শা  পাংশা কয়া তারমদা
অহীং নুংথিল পাইদুনা  চীংলোন মাপল লানলকপা
লাইমতোন চীং য়ৌরকপা  ঙহাক স্বরবু হন্দোকচা
পামেল উজাউ থক্তা তোং  য়ৌরে থুংলে খনবকাল
তম্পাক লম্বদম মূনা য়েং  হৈবোং পাম্বী থিরক্কাল
নোংমৈ মখোল মতারক  কিনা খংনা মিপাইরক
শানৌ মাবু মুন্না য়েং  নুপা ওইবা হৌনশা
তুংগী ফিভম মুন্না খল  নাতৈ চারোই ব্রারেপ্পা
চাদা নাউদা ফংঙমদা  লমখাঙদা মাঙনি খল
নীংবা কায়না য়েংলম্লা  চেক্লা নখোয় হল্লব্রা ?
নীংঙন্নল্লোই চেক্লা নঙ  থম্মোয় শোক্লা হল্লম্নি।

## ২৯

**চেক্লা** অদু ওইহবদি ইকাইখ্রেদা ঐহাক্তি
নঙনা উবম থোক্লবা খঙলম্লনি লোইনমক
নঙগী লাইবুং নশাইকোল ঙম্লমক্তা কোকথোক্লে,
নঙগী নযূম হৈবোংদো লৈচিল খেৎনা ব্লাংবদো
উবম্লবোই নহাক্লা নোংলৈ লক্তা তুখবে।
চেক্লা নঙনা লাক্লসু মিৎকুপ অমা পনঙ্লোই
নঙনা কোইপাই পাইবদা ঐনা কবম যেংগনি।
নোংমৈ মখোল হাযবসু তাদ' নুমিৎ লৈত্রেদা
হাৎনবনা কযানি অচুম অবান লৈত্রেদা
ঙসি শিনি পাউতাক্লে শিদুনতা লৈবেদা
চীংসু মানসু মান্নবে শান্তি হাযব লৈত্রেদা।
মীগী লমচৎ হোংখবে থাযনৈ ফিভম নত্তেদা।
লোক্তাক ঈপাক উববোই ফূম্না ঙম্না কূপখ্রেদা,
বাঁসি মখোল তাববোই নুংদাং কোযব পাখঙদৈ
কোম্থাং মখোল তাববোই যাওশং ফৌশু উববোই।
কবি মতৌ কৌবগে খন্না খন্না হল্লব্রা ?

## ৩০

**চেক্লা** লমশাং হনবদা নীংশিংলম্মি শোয়দনা
নঙনা লাকপ খুদিংগী লমদা থান য়ৌরকাল
য়াউশং ফৌশু লক্লবা পাখঙ লৈশা ৱারীশা
ফাগী তৌনা নোক্লবা কোম্থাং অনী থেঙ্গাইনা
খুল্লানখিবা পাখঙনা তৌদ্রি বাঁশি খোংলকপা
কয়া নুংশি মখোলদো নঙসু লোইনা তাবনি।
নঙগী পুংফম য়ৌরকাল নঙসু লাঙবা য়াওরকপা
ক্রোক ক্রোক ক্রোকপু হৌরগা য়েনবা য়েনখোং য়েনমানবা
কয়া হৌনা খোংলকপা খুম্থক খুনখা তাবনি।
ঐহাক লৈরি মতানি কিনু কিনু হায়গুম্মী।
তনখোং তনখোং খোংলকই য়েনবা নতুং ইল্লকই
খুল্লং ইশৈনা কয়ামা মকু তাম্থা পীবকই
লৈচিল থাংদ থাবল্লক কয়া চীক্লা নীংথিবা
নুংদাংনিবু কাউনৈদো অৱা অনা লৈতেদো
নুংশিদ্রা নঙ মতমদো কাউদে ঐসু নীংশিংলি
নীংশিং নীংশিং পূম্নমক চেক্লা নঙবু হল্লৱা ?

# চেক্লা অমদা

## ৩১

**চেক্লা** নঙবু নুংশিবা পাউদম হৈতে হায়রনি
নঙনা থৱায় তাজবা নিংঙোল মচা পালিদো
নঙনা লাকপ মেরাথা নোবাব মপূং ফাব কাল
মেরা থাগী শনাৱৈ পূমঙাং ঙাঙনা শাৎপ থা
নিংঙোল মরি চঙদুনা দোলাই লেংদ থোংদুনা
লাইগী মুর্ত্তি হাপকৎলা হরি ধ্বনি শক্কুনা
লৈরক খুল্লক চৎপ থা হৈরুক লাইরুক কৎন-থা
মাঙোব মফম খুদিংদা ৱারী লাইরিক তা-ন থা
থরো-থম্বাল শাৎপ থা থাবল ঈপোম হৌব থা
থাবল্লৈগী লৈনম্মা ধুপকী মনম হাৎপ-থা
মবুং মৌপৱা খুদিংনা মচন মচে চাক্কৌ থা
ফৌনা খোইঙাং শাব থা নাকেল মপাউ লাক্ল থা
উতোন ৱাতোন নাপু শা নিংথম মচীন য়ৌরক থা
মেরা ঈখোম লাক্কুনা ঙাচাউ চৈচাউ ফান থা
চেক্লা নঙগী নচিঞ্জাক অৱাং-অপা লৈত থা
নীংশিং নীংশিং পূম্মক চেক্লা নঙদি হনম্রবোই।

# চেক্লা অমদা

## ৩২

চেক্লা নঙবু অথোইবা মখা তাগে ঐহাক্লা
হিয়াঙ্গৈ থা পোইনু থা লৌরোক পাম্থা লাকপদা
খুলং মচা কয়ানা হোই হা হোই হা খোঞ্জেলগা
ফৌবী হাইনা চৈরোং থা হুমাই জগোই শাদুনা
সনা ফৌদি চরোং চূম চীংবু শানা পৈবদা
শংবাই লাইতং মথিদা পরেং শানা ফৌগাবা
খোইজু লাইখাম মায়োক্ল কয়বু থন্না হৈজিনবা
অকা অকুম কুম্মেনি, অহিং নোংশোই ফৌহোনবা
মদুই তাল্লক য়েংদুনা নঙনা তনখোং খোংলকপা
নঙগী নুংশি খোঞ্জেলগা খুনুং ঈশৈ শৈদাগা
তাউব হূইগী খোম্থাংগা খোংজোম পর্ব্ব পুংখোলগা
পূম্লিল পূম্লিল নিনখিবা নঙসু কাউদ হল্লম্লি।
অদু নত্ত্রে হায়রগা তাইবং কনা খঙহন্দা
হনসি হায়রা হনঙমদা চঙসি কদায় চঙঙমদা
চেক্লা নখোয় অনীবু লোইবী চীংলক অদুদা
কোইপাই কোইপাই পাইদুনা চেক্লা অদুম লৈরব্রা ?

## ৩৩

**অদু** নক্তে হায়রগা চেক্লা ঐদি পাখৎলে
মরুপ নঙনা লাইবক থী নঙগী পুন্সি তেল্লমথোক
ঐগী সিদৈ হনখিঙৈ হকচাং নঙগী ঈরিবক
ঈশিং ফাওবা লেক্তনা নুমিৎ শিংবুম কয়ানি
তৌবাং ফক্তা মওল্লা ফবা কৌদি মবৈতা
নোংমা হায়দুময়ৌবক খমুং সবা তানখ্রব্রা?
নঙগী শানৌ ইচলদো নৌনা লুখ্রা ওইরব্রা ?
পিক্ল মচা অনীগা ব্রানা তোন্না হিংলব্রা ?
ঐবু কবি ওইসিগে মওল মওল মখল্লে।
শিবা নাব হৌনৈকো মদু ওইবা থোক্লসু
নঙনা ঐবু কাউবন্নোই চিনশু পাউসু তাক্লম্মি,
নুপী ওইবী মহৌশা থম্মোয় মাগী পিকথবক
ঐগী মায়কৈ ময়েংলা শাগল তুফাং খপঙমদা
মচা অনী থাসেসু মায়কৈ লেপ্পা মঙমদা
পাউ চেনসি কবন্নো মালং পাউজেল হৈজদা
চেক্লা মাসু লৈরব্রা ? খঙবা ঙমদ্রে মরুপ ও !

## ৩৪

**মওল** মওল খল্লেদা চেক্লা ওইবা নহাকপু
মকপ ওইবা মহৌশা ব্রাফম 'মসু খল্লিদো।
শানৌ ননেম মচাদো আয়া অনেৎ লাংলক্তা
খঙদ উদ মযেৎখি শাবী ওইবা নহাক্লা
লাক্ল লাক্ল মখোংব কনবা কৌদি মঙমদা
অহিং নোংশোই শঙজবা উপাই কৌদি লৈতবা
অয়ুক যেন্দা অঙনবা লাঙ্গাই মতম মযৌবক
খোঙদা কিশি থাপ্লবী শানৌ মানা চিংন যেং
শাবী ওইবা নঙোন্দা থম্মোয কায়ন পাউমেনলম
নুংশি হৈত শাদানবা চেক্লা মাবু তন্ন ফা
শাগল অনী শুপ্পায পায চিংবোই লাকপোই মপুখি
চেক্লা নঙনা কোক্তোন্দা কিনা খংনা মখোংবা
শানৌ মাবু মুনঙমদা থব্রায অনী কাযনঙৈ
থম্মোয হিক্লা মকপঙৈ পাঙ্গল মযেং মতাবক
শানৌ মাগী লাংথুফম নঙগী পুন্সি লোইদ্রিফাও
খোঙফম অমা লেঙপ্রবোই খন্দুনবু লৈবব্রা ?

## চেক্লা অমদা

### ৩৫

**চেক্লা** অদু ওইরদি   মরুপ নঙবু নুংশিবা
কায়নবদি ঐসুনি   খাঙবা হৈরে ঐহাক্তি ।
খাঙব তম্মু নহাকসু   তপথৌ, ফাথৌ নথম্মোয়
কাযনবগী মৈফমদা   হন্না হন্না চঙলগা
নুংশিবগী মশকসু   সনাগুম্না লংবনি।
কাযন মৈশা ফংলগা   নুংশি মশক খঙবনি।
নঙগী থম্মোয লকানুং   নুংশি মৈনা চাক্লম্নি
চাক্ল চাক্ল হেনবনি   নুংশিবনা থনবনি।
লৈচিল নোংজু কায়নবা   থাজ থাবল শেংনবা
ঐঙোন্দদি অমহানি   কৈসু খন্দ্রে ঐহাক্তি।
নুংশি মসুং লাংগীবু   ৱাব কৌবা লৈববা
মানা ঙাঙব মৱাহৈ   নীংশিং নীংশিং লৈবসু
মাগী চেংলৌ নীংথিবী   কাউদ কাউদ হিংলসু
হন্দক মপোক অসিমা   খাঙব লেনবা ঙম্নিনা।
হকচাংদনি কাযনবা   থৱায় মাদি কাযনদে
অৱা নুংঙাই অনীমক   থম্মোয়দগী পোকপনি।

## ৩৬

**চেক্লা** মৈচাক কোক্লবা ব্লাফম অমা হায়গেকো
কাউব তম্মু ঙহাকসু নীংশিংবনা ওৎপনি
মতম কৌবা মহাকসু তুংদা হন্না য়েংদেদো
লাইজ ওইবা অদুসু হন্না কৈসু চেন্দেদো
পুন্সি হাযব অসিসু মিৎকুপ অমা তুংহন্দে
মাঙ কৌবদা চত্তবা তুং হন্নদা ময়েংবা
তাল্ল তাল্ল নৌথোকপা মানি খঙঙু নীংশিংবা।
ব্লাব ব্লাব হেনবনি চাক্ল চাক্ল শেংবনি
অকাউ পবৈ চনথ্রসু নীংশিংলবোই খনথ্রসু
থৌদোক অমা লংলা ওই মবী মবী লাকপনি।
নীংশিং নীংশিং কপ্পনি কপ্ন কপ্ন চাকপনি
চাক্ল চাক্ল কাবনি পুন্সি ময়েং তাবনি।
অদুবুনে চেক্লাও নীংশিংবা মা লৈত্রবা
পুন্সি য়েন্নীং চোংলোইদো অব্লা মৈশা খাঙবদা
থৌনা পাঙ্গল মরাকপা নীংশিংবা মাই মপালনি
হৌথ্র ব্লারী কয়াবু নীংশিং নীংশিং খাঙঙুকো।

# চেক্লা অমদা

## ৩৭

**নুংশি** মৈচাক কাউনবা  ব্রা অমগা হায়গেকো
চেক্লা মপোক তোঙান্দে  তাইবং মীনা হেন্দোক্তে।
থব্রায় মাদি অঙ্কানি  থম্মোয় থম্মোয় মান্নৈদো
মচা নুংশি' খঙনৈদো  কপ্পা হৈবা ঙাক্তনি।
কালেন মৈশা ফাওনৈদো  নিংথম উল্লেন ঈংনৈদো
তৃস্না চাব খেন্নদে  চাদ্রবদি শিনৈদো।
তাইবং মপু মহাক্লা  জীব লখা শেম্বদা
চেক্লা মানা খরা ওই  তাইবং মীনা নাকল'মা
থব্রায় মানা লৈরুবা  পঞ্চভূটনা চৈখলনি।
থব্রায় লৈফম হোংলুবৈ  চেক্লা নঙনা পাইবনি
কবি খেন্নৈ হায়যুদা  নঙসু ঐসু থোইদোক্তে।
ঐনা মৈচাক মফাওবা  নঙসু অদুম ফাওরম্লি
থম্মোয় পানবা ঐখোয়গী  নুংশি খঙবা পূম্বগী
নীংশিং নীংশিং মব্রাবা  হৌনশানি খনসিকো।
মপোক অসি লোইদ্রিফাও  নঙসু ঐসু মখাঙসি।
খাঙসি চেক্লা খাঙসিকো  ব্রায় কৌবদা হায়গুমসি।

# চেক্লা অমদা

## ৩৮

ও চেক্লা নঙবু নুংশিবা ব্রাসি মখা তাগেকো
ব্রাফম অসি পন্দবা ঐদি শুকঙম ঙমদ্রেদা।
পুন্সি হায়বু কবিনো থব্রায় হকচাং পূঞ্জৈগে
লেঙবা ওৎপা মঙমগৈ মতেক অদু নত্তবা ?
থব্রায় হকচাং কায়নবা মৈনা মৈদা তিনখিনি
নুংশিৎ স্নবগা পূনখিনি হকচাং লৈবাক ওইখিনি।
ঈনা ঈশিং ওনখিনি থব্রায় মানা পাইখিনি।
পাইব হায়বু কবিনো মপূ মাদা তিনবনি
নঙগা ঐগা খেন্নবা পুন্সি মতেক ঙহাক্লি।
মপূ মাদা পূনবকাল নঙসু ঐসু তোঙান্দে।
মায়া লাংন কূপ্পনা থম্মোয মৈচাক ফংবনি।
মায়া লাংবু থৎঙম্ল থব্রায মশক মখঙলা
নঙসু ঐসু ব্রাবোইকো খল্লু নঙসু চেক্লাও!
মায়া লাংবু থৎসিকো 'ঐ' গী মশক খঙসিকো
কবি অদুক কপ্পনো নঙগী কবি মাঙবনো
ঐগী নঙগী কনানো মপূ মাগী ঙাক্তনি।

## ৩৯

**হাদ** চেক্লা নুংশিবা   ঌা অমগা হায়গেকো
নঙগী থঌায় চেক্লাদো   মিংকুপ অমা পাইহল্লু।
মালেম ঌাংমা লালহল্লু   সংসার অসি য়েংহল্লু
করি করি উবগে   হাযয়ু চেক্লা ঐঙোন্দা
জীব পানব লৈঙম্বা   গ্রহ্ কয়া লৈবগে ?
মসি খঙনা মখঙনা   কবি ঐখোয় হাংনবা
শানৌ নঙগী নুংশিবী   হাংলম থোক্ল' মহাক্তো
তাইবং লৌশিং লৈতবা   তোন্দে তোনবা মপোক্লি।
শানৌ নঙগী হাংপকাল   মাগী থঌায় কপ্লম্লি
থঌায় মানা কপ্লকাল   লৌশিং মাগী লাক্লম্লি
থঌায় অমা থাবগা   থঌায় অমা লমতাকপা
হৌনশানি হৌনশা   অসুম হায়ন খল্লুকো।
মাঙব য়াব মাঙলগা   লোইনা লৌশিং লাকখিনি
মদুই মতম লাক্লিফাও   ঌা-ন ঌা-ন ঙাইসিকো।
লমন খুমগে খনগনু   মপু মাগী মথৌনি।
নঙগী ঐগী হায়ববু   নুংশি পাউজেল চেনবনি।

## ৪০

চুম্মী চেক্লা চুম্মীকো ঙাইব য়াম্না মৰায়কো
শিবা ঙাইবা মপোক্নি ঙাইবৈ ঙাইব মক্তনি।
নুংশিনবা ঙাইবিদো ঙাইবি ঐখোয় চান্নবা
ঙাইব মশীং যাম্লবা ৱাব মশীং হেল্লিদো
চেক্লা নঙগী মপোক্তি ঙাইব মশীং য়ামদেদো।
নংগী থস্মোয় থেমজিল্লু অশাউ' পূন্বা ফাজিল্লু
নঙগী ফজ' নতৌনা ইকাইহল্লু তাইবঙবু
নঙদি মালেম কোয়বনি যৌদ' লম্বু লৈববা ?
মীবমচৎসু খঙবনি শাবমচৎসু উবনি
নোংদোন পাউদম খঙলম্মি লৈচিন পোমায হাংলম্মি।
হাযযু চেক্লা নহাক্লা নোংদোন লৈযি চিংববা ?
ঐগী মীগী খাযববা ঐগী পলবু খাববা ?
ঐনা কপ্লি অদুনা লৈমায থক্তা তাদুনা
চেক্লা নঙদি পাইয়ুকো খেন্ন' লৈত' লমদুদা
নঙনা লৈখা কুন্নক্কাল তম্বিয়ুকো বিশ্বপ্রেম।

## চেক্লা অমদা

### ৪১

**অদুগনে** চেক্লা নঙ নঙনা হিংলম থোক্লবা
লাক্ল লাক্ল লোৎলবা মচি 'মদা লৈরবা
ঐদি তশেং' ৱারোই নহাক থম্মোয় কনমল্লি
বিদায় পীবা নৎখিদে পুকমেন পাউমেন নংখিদে।
ফনা শাউনীং লৈরসু নোংমা ফাদোক মরাকউ
চীংয়া তময়া থিরুরে উমং-ৱামং শাৎলুরে
নখোল নঙগী নুংশিবা তায়বু কৌবা মহায়দে।
উবোক পরেং মবক্তা কাকয়েল শঙ্গু মনুংদা
লঙজা মপৈ মতাইদা শেকপী চরোং মথক্তা
য়াওরোই খঙনা ময়েংলুই চেক্লা নঙবু নুংশিবা
মরক মরক মঙলান্দা উবা অসি মঙায়রে
মঙদা উরে মনুংশি নশক হোংবা নাইরমদে।
নখোল অদুম খোয়থুল্লি তাদুনতা লৈনীংঙি।
থৱায অসি নুংঙাইতে মঙবু ওইনা তোক্লেদো।
ঐনা মঙদা উবগুম চেক্লা নঙদি উদরা ?
ঐনা নীংবৈ হায়বদি মঙদা ঐবু উরম্মি।

## ৪২

**চেক্লা** নঙবু তাবরা  ব্রাফম অমা হঙ্গেকো
নঙনা ঐবু উরবা  হান্নৈ অদুম উববা ?
হান্নৈ হান্নৈ উরবা  চেক্লা নহাক লাক্লেকো
মকুপ নঙবু নুংশিবা  ওনবা য়াব ওক্লেদা।
থায়নৈ মীনোক উররোই  হরাউ তয়াম লৈত্রেদা
চিন্তা পোংলুম পুরেদো  কায়ন মৈশা লাংলেদা
লৈচিন কুম্মৈ য়েংদরে  মালং পাউবু চেন্দবে।
ব্রাহং হংদ্রে থাজদা  পাউখোং চন্দ্রে থব্রান্দা
নাইতোম তাবে ঐহাক্তি  হিংবৈ মহাউ চেন্দ্রেদা
নঙবু লাক্ত্রে কপ্লিংঙি  লাক্লি হায়র পাখংচৈ।
চেক্লা নঙনা উবসু  মশক খঙলোয় ঐহাকপু
নঙনা উগে হাযববা  ঐবু খঙ্গে থিববা
থিনু ঐবু মীবক্তা  ফংলোই ঐসে হান্নগুম
চীংযা পক্লা পাইবিবা  লৈচিল মাবু য়েংঙমদা
মিংলু পিবাং ঈহৌনা  ব্রাগী মচেং ঙাঙদনা
পাংকী ঈথক যেংন য়েং  লৈবা উগনি নহাক্লা।

## ৪৩

ও চেক্লা ও! তাবরা   করি হায়নি খঙদরে
ঐগী ব্রাবু পল্লগা   ইশা ইদোম ইকায়জ্রৈ
নুংশি মাগী লানফমদা   শেংনা ঐদি মায়থীরে।
নুংশি নুংশি হায়বম্বা   লিক্লা তাক্লুম তাকখরে
নুংশি মাবু থিবদা   পুন্সি তংখায় হৌখরে।
মায়া মারিচ তাল্লুঙৈ   পাঙ্গল পুম্বা লোইখরে
আশা মপাল তাংদুনা   শিদে খাক্লা হিংলিদো।
আশা কৌবা মহাকসু   কোঙ্গোল তাক্লুম তাকখরে
লৈবি খবা থনুংদ   তুফক তুফাই চন্দুনা।
খুৎনা লাম্ব ফংলম্বা   মঙদা খুৎনা লামগুল্লে।
অসি ওইবে তাইবংপাল   ঙসি অসি খঙলক্লে।
ঐনা ঐবু থাজদ্রে   ঐনা কনা থাজনি।
নঙনা হান্ন খোংলকউ   ইশক ইদোম তাক্লক্কে
ঐগী ফিভম উবগা   নহাক নীংবা কায়গনু
মকুপ নঙবু নুংশিবা   মালেম থুংনা লমকোয়বা !
ব্রাবী পুম্বা তাখোকো   ইবা লোইদ্রি’ ব্রারীনি।

## ৪৪

**হায়য়ু** মরুপ মহায়য়ু নঙবু খঙব্রা 'নুংশিবা' ?
খঙলে খঙনা মহায়গে খঙদ্রে খঙন' মতারো
ময়া লিশীং মপানবা মৈরী থোক্তা মৈচাকপা
মচু চাম্ম লৈতেংবা য়েংঙু খুদিং মইংবা
চাকপ্রা হায়র চাক্তবা চাক্লু হায়র মচাকপা
উনদৈ হেন্না মইংবা থনুং ফাওনা মৈরায়বা
মশুং লাংগী থরায় থা শিবা ফাওবা কি-নদা
নুরা চাম্ম শিরগা পাখঙ চাম্ম ঙাইজবা
পাখঙ চাম্ম শিরসু নুরা চাম্ম ইঙ্গবা
থরায় অনী পুন্ন লী লিরেন য়াইরি হেনবা লী
অদুক লুবা 'নুংশিবা' ঐনা লায়না লৌরুবে।
চক্র বীহ্ চঙলুবা অভিমন্যু ওইরুরে
নুংশি' হায়বু করিনো অপাম্বনা ওনবনি
অপাম্বনা থুমহৎলা নুংশি' ময়োল চোংবনি।
অপাম্বনা হকচাংগী নুংশিবনা থম্মোয়গী
মায়া ঙাক্লি কাউরুরে ওম্বোক রানা থিরুরে।

## ৪৫

আ ! চেক্লা ও! নুংশিবা, লাইবক লৈতে নঙ ঐসে
হংবা য়াইদো নহাক্লা লাইবক হায়বু করিনো ?
তাইবং মীনা উঙমদা মপু মাগী খুশিনবু
পঙনা পানব তাইবংপাল নমু ওইবা ঐখোয়না
লাইবক হায়না কৌইদো লাইবক ব্রাংমা চৎঙমদে।
নঙগা ঐগা উনবা লাইবক মানা তম্বনি
হান্ন তম্বা নত্তনা কৈশু ওইবা য়াদেকো।
লেংলি পাল্লি পূন্নমক চৎফম থোকপা চৎপনি।
শকউদবা মহাক্লা হান্না লোইনা তমখ্রেকো।
লাইবক লৈত মহাক্তি লেঙল লেঙল পুখনৈ
নোম্ল নোম্ল কান্নদা কোঞ্জেং কোকফাই মতৌনি।
অসি ব্রাদি খল্লগা পেন্থোকপসু মতম্মু
ব্রাদ ব্রার মতমদা পেনবা হৈবা তাবনি।
থম্মোয় শোক্লা কপ্লগা মিৎলু পিরাং চোৎলগা
পুন্সি পম্বুং য়ৌঙল্লোই মপু শিম্থা পাঙঙল্লোই
চেক্লা মুন্না খল্লুকো লুদৈ লুবা লাইব্রানি।

## ৪৬

ও চেক্লা ও! নহাকপু পাউ-না ব্বাৎনা লৈহৌরে
ইনুং শোরা তৈদৌরে ক্বাক্কী লানবাউ চেনদৌরে
অহীং অসি য়াংলক্লে মরিং য়েনবা খোংলক্লে
থম্মোয়নুংদা লৈরিবা নঙগী নুংশি খোঞ্জেলগা
অনী অসি তিনখবে থম্মোয় নৌবা হেল্লক্লে।
ঐগী মঙলান অমদা চেক্লা অমুক লাকউকো
নঙনা চীংদোন লাল্লকউ ঐনা লৌপাক তল্লক্লে
ঐনা খুৎপু হাইরক্লে নঙনা নঙক নোল্লকউ
নশা তিংনা মপাইয়ু নতুং ইন্না চেল্লক্লে
উমং লৈত্রে ব্বাবৌনু হৈবোং হৌদ্রে মিপাইনু
মকপ ঐবু নুংশিবৈ নেম্না নেম্না পাইবম্মু
ব্বাতোন মুক্তা ব্বাংনবু যেংন যেংন মপাইখো।
চেন্ন চেন্ন পাউদমগে পাইন পাইন মতাখো
চেক্লা নঙবু নুংশিবৈ ব্বায কৌবা মহাযবোই।
খোংবান লুক্লাং লানগনি পাৎথি কোমথি শমগনি
নুংশি পাউদম লোইদ্রিফাও নতুং ইন্না চেনগনি।

# চেক্লা অমদা

## ৪৭

ও ক্রোক্লাউবী নুংশিবা ঝাদি মচী লেঙদরি
মতম মাদি লোইদৌরে মকোক মথঙ নাইররোই।
নঙসু ঐসু শিরবা মথঙ মপোক লৈরবা
নঙসু উচেক ওইরবা ঐসু মীবু ওইরবা
অদুম মরুপ শান্নসি অদুম নঙসু মরাকউ।
ঝাফম অমা পল্লমগে ঐদি ঝাখল লেপ্লেকো
মথঙ মপোক অমগী চীরোল তৌরোই ঈশ্বরদা
মথঙ মপোক অদুনা করি হেন্না ফগবা
মানা পাম্ব অমতা তৌবা ঙমদ ঐহাক্লা
ঐগী ইরাল লৈরসু দন্দি অদুম পীসনু
ঙাকউ চাল্লু হায়ররোই মানা ঙাকখি' মরালনা
তাইবঙ অসি থল্লেদো মপোক কয়া চঙলসু
মানা চুম্বা ঙম্লরোই মানি খ্বাইদৈ লাল্লিবা।
ঐগী তৌরু কর্ম্মনা চেক্লা ওইনা পোক্লসু
নঙগী তৌজ মহৈনা নঙনা মীবু ওইরসু
নঙগী ঐগী মরীদি তত্ত মাঙদ থমসিকো।

## ৪৮

ও ক্রোক্লাউবী নহাকপু  ব্রা অমগা পনগেকো
মথঙ মপোক হায়দুনা  মীগী ব্রাখল ওইরবা
হন্দক মপোক লোইরগা  মপোক অসি লোইরবা
আ! চেক্লা ও খনঙমদে  নঙনা কৈদা লৈগবা
নঙগী ঐগী মরীসে  শিবা কান্দা লোইরেদো।
চার্ব্বাক মুনি মহাক্তি  মথঙ মপোক য়ারমদে
শির' লোইরে হায়রম্মী  শিবা মানা পংখৈনি
গৌতম বুদ্ধ মহাকসু  ঈশ্বর লৈবু হায়রমদে
চেক্লা অদু ওইরদি  লৈফম চাফম খঙদ্রেদা।
খ্বাইদৈ লুবা মপোক্তি  হন্দক মপোক ওইরিদো।
চেক্লা নঙবু অদুনা  তুংগী ব্রাবু থম্লীংদ্রে
নঙগী ঐগী নুংশিবা  য়েক্লুনবু থনমগে।
মীওই মপোক খুদিংনা  মপোক মপোক খুদিংগী
পানা পানা খঙসনু  নঙগী ঐগী ব্রারীসে।
থম্মোয় নুংদা পুররোই  মৈনা চাক্ল' লোইখিনি।
মীনা খঙদ্র' ব্রারীদি  ব্রারী করম কৌগনি।

# চেক্লা অমদা

## ৪৯

ও ক্রোক্লাউবী! চান্নবা নঙগী ঐগী ৱারীদা
মীওই অমা চিংখরে মাসু নঙগী ৱাজখি
মপোক থীনা পোকখ্রবী নুংঙাই শরুক ফংদ্রবী
মপুম থীৎনা ৱাখিবী ইমা শকপী ইনেদো
পারী অমা শাত্তবী মযোম অমা পোমদবী
মিৎলু পিরাং কংদবী মানা মাগী ৱাজবী
মীওই মপোক মরক্তা মাগী খোঙ্গুল মুৎলবী
মাগী ঈচেল তৎলবী ঐনা শিনবা য়াদ্রবী
ফিজেৎ ওন্না চৎখ্রবী মীওই মপোক পামদ্রবী
চেক্লা নঙগী মপোক্লী তোন্দে তোল্ল' মহাক্লি।
মাগী লমন তোলহৌরে শিংবা ঙল্লোই কৈদৌনুং
থম্মোয় লাইমল ওইহৌরে লমন তোন্ন চৎতৌরে
ঙসি কৌবা নোংজাদা অহিং তাংলৌ থেঙসিদা
মাগী নীংশিং মুর্ত্তিদা শিন্থুরিবা পিরাংনা
লৈরাং লৈহুৎ শিন্নবু কচ্চরিবা ভক্তিনা
ও চেক্লা ও! নহাকপু লমন শিংবু শক্লগে।

# চেক্লা অমদা

## ৫০

**চেক্লা** নহাক ৱারৌব্রা   ঐগী ৱাদ মহায়রে
চেক্লা ওইবা নহাক্কী   ৱারী শীংবুল তানীংঙে
নঙদি ৱায়াম ঙাঙদেদো   য়েংদ য়েংঙি মিৎস্নানা
মরুপ ওইবৈ হায়বনি   শাউনু শাউনু চেক্লাও।
ঐদি নঙবু নুংশিকো   চেক্লা নঙনা খঙদ্রসু
ঐদি নঙবু কাউদেকো   ৱাখল নতুং ইল্লিকো
নঙনা চৎপা খুদিংগী   ঐবু য়াওরি কাউবীনু।
ঙসি ঐগী মঙলান্দা   চেক্লা নঙনা লাকপবু
নঙগী মতম ময়ৌরক   থুনা লাক্কে তাকপরা ?
লাকউ চেক্লা অমুক্তং   নোংচুপ মায়কৈ থন্নবু
নখোয় অনী পাইরকউ   ওইগা য়েৎকা তুফাং খপ
য়াঙ্গোইনিংথৌ শোরারেল   লাইবুং অনী হরাউরে
খুঞ্জা পূম্বা থোক্তুনা   লাইবুং চোন্না পৈখরে।
মাইবী লাইনৌ তাবিনা   মাইখুম শরীক পাযখরে
হরাউ মথোই কারিঙৈ   ঔগ্রী হঙ্গেল চোংলিঙে
চেক্লা 'মুক্তং য়েংলো লাউ   নঙবু তরাম' ওক্লিয়ে।

# চেক্লা অময়দা

## ৫১

**চেক্লা** নঙনা লৈরমতে নঙনা সিদা পাইরকতে
মফম চারে খন্দুনা নহুম পোঞেল শারতে
খুঙ্গং মমিং চৎলেকো নঙগা মপাং ওইরুবে
ইমিং লাচন ফংলেকো নঙগা মরুপ শান্নতে
নঙগী খোঙ্গুল মুৎখ্রসু নচা নশু শিখ্রসু
নঙগী মিংসু মুৎলরোই ঐনা খোর্জে থারেকো।
পারী পুরী খঙদ্রসু নঙগী লৈফম থিদ্রসু
ঐগী শৈথা তাবগা শৈরোল অসি পারগা
চেক্লা নঙবু খঙসনু পাযমা খৈনা পেল্লোকো।
ঐনা ৱাৎল মতাংদা নঙনা থৌনা পীয়ুকো,
ঐগী ৱাখল মল্লকাল চেক্লা নঙাল হাপ্লকউ।
তোয়না লাকউ মঙলান্দা শংশং শংশং উহল্লু,
নেম্না নেম্না পাইবম্মু নশক নচু উহল্লু
উশা নেম্না তোংলম্মু শাওং শাবান খঙহল্লু।
নঙগী খোল্লাউ থাগনু খোম্লেন মঙলান কায়গনি।
ইমিৎ পেন্না যেংজগে চেক্লা নঙবু নুংশিবা।

## ৫২

ও ক্রোক্লাউবী নহাকপু   তোয়না নঙবু কৌনীংলে
ঐগী ব্রাখল পাইরুরে   চেক্লা নতুং ইল্লুরে
ব্রাখল মালেম কোয়রুরে   হিপ্লা হিপ্লা ফমুংদা
ব্রাখল মাসু মহল্লক   ঐগী ফিভম খল্লক্কে
ঙসি থেঙল অহিংসে   অকি তুজুং ফাওইদা
পোষ্টপু খীংলি কনানো   কবি অমুক থোক্লবা
লাপ্লা তাবি নোংমৈসু   কৈনো অমা তৌরনি।
নোংমৈ পায়ব সিফাইগা   মৈরা পাযবী নুপীগা
শয়েং পাম্বোম ঙান-নি   অমুগোলদা পৈরনি।
থোঙবু হাংঙু হায়বনি   কদায় লৈখ্রে হংলনি
কৈসু খঙদে হায়জনি   খঙদ্রি ফাওব ফুরনি
পৌরোল থাবি থোঙবুদি   লোনবৈ করি কান্ননি
'সিনি ঐগী পুন্সিদি   খঙউ চেক্লা নহাকপু।
চেক্লা পাউদম লোইদ্রিকো   ব্রারী মখা তারক্কে
নোংমৈ মখোল লেপ্লগা   থম্মোয় পেন্না পাউদমগে।
ঐগী থম্মোয় পেৎলিঙৈ   ব্রাব কৌব লৈরোইকো।

## ৫৩

**ক্রোক্লাউবী** ও! নহাকপু ব্রা অমসু লৈহৌবে
মতাং চাদে খনগনু ব্রাহং অমা হঙ্গেকো
কুইবে ঐনা কল্লকপা হঙ্গে হঙ্গে খল্লকপা
চেক্লা শেংনা খুম্মুকো মকুপ ওইবৈ হংবনি।
লৈচিন নোংফাই থাংদকাল মালং শউম কন্দকাল
কোবৌ মৈশা ঈংলকাল নবুক থন্না চাক্তাক
নঙগী শানৌ নুংশিবী নতুং ইন্না পাইজবী
ব্রাবী শাখৈ শাকবা যূমদা হনসি হায়নকাল
লৈচিন খেৎনা পাইদুনা নখোযনীদা হল্লকপা
চেক্লা তোযনা উখ্রেকো কযাম নুংঙাই নখোযনী ?
কবি ব্রাবী শানখি নঙনা কবি লক্লুকই
শানৌ ওইবী মহাক্লা নোংমা লাপ্পা পাইবকখি।
নখোযনীগী পুন্সিদো ঐনা কযাম কল্লকই।
ইদোম তাবে ঐহাক্তি কবি ওইবা মহৌনৈ।
খঙলে চেক্লা ঙসিদি ব্রাদৈ ব্রাব মপোক্লি।
অসুম পোক্তৌ শকক্তি অমুক পোকপা পামদবে।

# চেক্লা অমদা

## ৫৪

**চেক্লা** নঙবু নুংশিবা ব্রাহং খরা হংনীংঙি
মরুপ ওইবা মহৌশা পুকলৌ পাউলৌ তৌগনু
নঙনা লাকপ লম্বীদা নঙনা কোয়রু লমদমদা
থেংনৈ নঙনা চাউখৎপা ব্রাংদৈ ব্রাংব দলানশিং
নান্দৈ নানবা লৈকোলশিং কূংদৈ কুংব মীয়ামসু
হায়যু চেক্লা নহাকপু ঐখোয়' লমদম অসিদা
'মতা উদে পেন্দব্রা ? চেক্লা তুমিন নোকপবা ?
তাউ চেক্লা লমকোয়বা ব্রাফম অমা হায়গেকো
অরং অরাক করিনো খুৎশেম নুংশেম নত্তরা ?
অরু অহেন করিনো হকচাং মাগী নত্তরা ?
থম্মোয় শান্তি ফংদ্রবা ব্রাখল ঈচিক হুন্দ্রবা
থব্লায় মৈশা লাংলবা পুক্লিং মৈচাক ফাওরবা
সনা লুপা কৈদৌনি শান্তি ফংদ শিনিদো।
হায়যু চেক্লা অমুকসু ঐখোয় লমদম ইরমদম
মহৌশাগী শান্নফম খুৎশেম 'মতা য়াওদলম
মশা মতোম ফজলম চেক্লা থম্মোয় ঈংদরা ?

# চেক্লা অমদা

## ৫৫

**চাউখৎপা** ও! চাউখৎপা চেক্লা করি ৱানোদা ?
সনা চীংগুম পৈসনু দলান লৈচিন খেৎসনু
থম্মোয় মানা পীক্লবা মীনুংশিবু লৈত্রবা
মীনা মীবু ওৎলবা হিংচা য়াইতম ওল্লবা
ও চেক্লা ও! নহাকপু অদুক হাক্লা পান্নুনু
তাইবং মীওই মপোক্তা লুদৈ লুবা পোৎশক্তি
সনা লুপা নত্তেকো ফুরা দলান কৈদৌনি।
থম্মোয় মানা পান্দ্রবা অঙম অঙম চারবা
চেক্লা কবম হিংগনি মীওই' করম পানগনি
ঐগী লমদম ইরমদম ফুরা দলান উদ্রসু
মীচঙ মীথোক ফবনি মীচান মীরায় নাইবরা ?
থম্মোয় মহী চেনবনি জীব নুংশি খঙবনি
চেক্লা নঙনা লৈবিঙৈ করি ৱাখি নহাক্লা
চেক্লা ননীং তমদবা অকি তুজুং লৈবরা ?
চম্না হিংবা পুন্সিনি মীওৎ মীনৈ পামদবা
ধর্ম্ম লৈবা লমদমনি চেক্লা নঙবু কাউনুকো।

## চেক্লা অমদা

### ৫৬

**মথঙ** মথঙ হংনীংলে চেক্লা নঙগী নফমদা
মরুপ ওইবে হংবনি পুকখা লিনখা থাগনু
নঙদি মালেম কোয়বনি ঈংদৈ ইংব খা-মেরু
শাদৈ শাব সহারা ঋাংদৈ ঋাংব হিমালয়
লুদৈ লুবা পেসিফিক পাক্তে পাকপা আন্তলান্টিক
হায়যু চেক্লা অদুদি নঙগী থস্মোয় কমদৌই ?
উনগী চীংগী মথক্তা চেক্লা নঙবু তোংঙম্বরা ?
মৈবু হৌর' লৈঙোইদা চেক্লা নঙবু চৎঙম্রা ?
ঈশিং ঈপাক সমুদ্র করি ঙাবু ফাঙস্মী
পোঙনা হায়রি চেক্লাও ঐগী লমদম ইরমদম
অদু ঙম্না ওইবরা চেক্লা শেংনা হায়যুকো
কালেন মৈশা চাকপরা ঋাকচীং উল্লেন হেনবরা
লোক্তাক ঈপাক কমদৌই ঙাবু থন্না লৈতরা ?
চানীং পূম্বা ফংদরা ফৌবু লৈত্র' পুক্কেদু
করি কান্নে চেক্লাও ! চেক্লা নদোম শিগেরা ?
পাম্মুই পাম্মুই চেক্লাও! তিনবু য়োৎথ' খল্লুকো।

# চেক্লা অমদা

## ৫৭

**নুংশিবা,** আ: নুংশিবা!    চেক্লা হায়গে তাখোকো
থিয়ু মালেম থুংনা    ত্রোইবু য়ৌগে য়ৌরুচো
এথেল্স য়ৌগে য়াগনি    কংলৈ লৈকোয় মপুংদা
কেগে মোইরাং তাবরা    থাদোই মাবু তাদরা
শাবী মাঞ্জ মশুংলাং    শিবা ঙমখি খঙদরা
খম্বা থোইবী শায়োন্না    মালেম নিল্লি হায়গেকো
মীচম হায়র থাগেকো    যাইরিপোক্কী লমদুদা
পোকখিবনি থম্বান্নু    শাবী মাঞ্জ মশুংলাং
পামদ কাদ লৈনিংদা    থৱায় মঙা পোন্থা ওই
কুমখিবনি ঈরোন্নুং    লৈবাক ৱাব কোক্লবা
নুজা মাগী ৱারীনা    মালেম নিল্লি খঙদরা ?
সতী খোংনাং তাবরা    'চম্বা খোংনাং নত্তেকা
কন্যা কৌবী নুজানা    নুংশি মশক তাক্লবা
মথংলেনগী চিতাথক    খাম্বী মৈবী মথক্তা
হিংনা চঙনা হিপখিবা    সতী ওইনা শিখিবা
নুমিৎ খরা লৈরগা    খোংনাং ওইনা হৌবনি।

# চেক্লা অমদা

## ৫৮

হায়নীংবদি য়ামখ্রেদা চেক্লা ব্বাৎপ লৈতেকো
নঙনা কোয়ন চৎলসু ব্বারী পূম্বা পূখোকো
অকল অথৌ ব্বারীশিং নেপোলিয়ন, হিটলর
ওক্তোবরগী লালহৌনা জারগী শাসন মুৎখিবা
ফ্রেঞ্চকী লালহৌ অচৌবা অমেরিকা নীংতম লান
তা-র নত্ত্রা নহাকপু তাউকো মরুপ ঐখোয়'সু
বৃটিশ লৈবাক তাবরা মালেম পূম্বা নিকপদো
থৎখি ফৈগাক ফৈনবু খোংজোম তুবেল মপান্দা
ইপু পাউনা মেজরনা চিংলেনসনা য়াওখিদো
শিনি খঙনা লাঞ্জংখি মায়োক্লখি শিদ্রিফাও
বীব টিকেন্দ্র, থাঙ্গালসু ফাঁসি কাখি নোক্লবু
থক থক নীকখি মালেমসে থেমস তুবেল জ্বাব কাখি।
চহী তরেৎ খুন্তাকওঁ গম্ভীর সিংহ নরসিংহ
থাঙ্গী জগোই শাখিদো নীংথি তুরেল লান্নবু
অব্রা কাঙবু তাম্বোকখি মরায় লূকখি অব্রাশিং
তাউকো চেক্লা নহাকপু মীগীনবু হেনবরা ?

## ৫৯

**নুংশিরবা** মরুপ ও কায়ন' মতম য়ৌরক্লে
মতম কৌবী লাইরেম্বী থিংবা ঙম্মী কনানা
করম চৎখি খঙহৌদে অহীং তাংলৌ লোইদৌরে।
মতম মাগী খোঙচত্তা নঙসু ঐসু ময়াওরি।
মুনি অমা, চানক্যা হায়রম্মীদো মহাক্লা
মতম মাগী চক্রদা লোইবী চিংজাউ লেঙগনি
মতম মাগী খোঙচত্তা সমুদ্রসু কংগনি।
মতম মানা পুঙমদা কবি পোৎনো খঙবরা
চেক্লা নঙবু তাখোনে নিষকাম কর্ম মাদনি।
'ঐ' গী ব্রাখল থাদোকউ নঙগী নথৌ পাংথোকউ
চেক্লা ! মুক্তি লম্বীনি মতম পূম্বা কাউনুকো।
মহয় মাবু খনগনু মদু নঙগী নত্তেকো।
অচুম্ববু চৎলবা অদুম জযবু ওইনিকো
ধর্ম হায়বু কবিনো ইথৌ তৌবা অদুনি
ইথৌ ইথৌ তৌসিকো গীতা লাইব্রা ইনসিকো
কায়নরমদাই মিৎকুপ্তা অসি ঙাইবে হায়দৌবা।

## ৬০

**গীতানবু** লাউরিদো মরুপ নঙবু নুংশিবা
কায়নরমদাই মিৎকুপ্তা ধর্ম ব্বারী শাসিকো
যুগ যুগ খুদিংগী ধর্ম মবায় চায়ববা
শায়োল তৌই ঈশ্ববনা কনবি ধর্ম লেপ্পমক।
ঈশ্বর থাজৌ চেক্লাও! মদু ধর্ম কৌবনি।
ধর্মৈ থব্বায় করিনো থাজবনি হায়বিদো
থাজববু লৈত্রবা ধর্ম লৌরু কৈদৌনি।
ধর্ম থাজৌ চেক্লাও লাইনীং চেৎনা লৈযুকো।
থাজববু থাদ্রবা লেপ্পা পল্লুং য়ৌনিকো।
নঙদি লাইনা থাবনি পুকচেল চাউবা চেক্লানি
ঐগী ব্বাবু তাগনি পাউতাক পূম্বা লৌবম্লি
নঙনা লাকপ থোক্তুনা ইরমসিদা লৈরবা
চীংনুং মান্নুং মরক্তা লোত্তুনবু খাঙলবা
ব্বারী পূম্বা তারগা মুন্না কোক্তা হাপ্পগা
চেক্লা নখোয় হল্লোকো লাপ্পা পীরে বিদায়বু
অহল মতম মওইরক অমুক লাক্লি থাজদ্রে।

# চেক্লা অময়দা

## ৬১

**অদুগনে** চেক্লা নঙ    ঐবু নুংশি থোক্লবা
ঐনা হায়বা অমতং    তৌবীয়ুকো নখোয়না
নখোয়' হনখি লম্বীদা    মতেক মতেক পোখাউকো।
লোইবী চীংলোন লাল্লকাল    লৈঙোই লমদম য়ৌবকাল
ব্রহ্মপুত্র তোর্ব্বান্দা    চেক্লা অমুক পোখাখো
চেক্লা নখোয়' লম্বীদা    গঙ্গা তুরেল লাল্লরোই
তুবেলদুগী ঈশিংসু    গঙ্গা' মাগুম শেংবনি
অমবনাথকী শিবলিঙ্গ    চাম্ন চাম্ন লাকপনি
চেক্লা নখোয় খঙলল্লোই    হিমালয়বু লাল্লমদাই
সাংপো তুবেল উববা    সিআং তুবেল খঙববা
ঈচেল অনী পূনবনি    ব্রহ্মপুত্রসু কৌবনি
উনগী চীংজাউ লাল্লমদাই    সাংপো তুবেল য়ৌদ্রিঙৈ
চেক্লা ঈখৌ লাংগনি    নবুক পেন্না থকচখো।
লোইবী চীংদোন লাল্লগা    পোখাফম্বু য়েংলক্কাল
হোআং হোদা তাকনু    চেক্লা ননীং থুংলোইকো
শানৌ মাবু মথেম্মু    সিংহাই পাৎপু তম্মুকো।

## ৬২

সিংহাই পাত্তা পোখানা চেক্লা নখোয় লৈরকাল
কংলৈপাক্কী ব্বারীবু চেক্লা ওইবা অতৈদা
নেবু তানা তম্মুকো অহীং নোংশোই লীয়ুকো।
ঐগী ব্বাবু তোকখোদা লোক্তক ' মানা থাকচমল
চেক্লা লমন শিংভুকো মরুপ ঐনা পেনগেকো।
ইনুং শোরা তৈবগা চেক্লা অসুম পাইরোকো
চেক্লা নঙগী মহৌশা নুপা থোকপা মতৌদা
নয়ূম য়ৌগে খনগনু বাইকাল পাত্তা তাখোকো
ঙাইনা ঙাইনা লৈরম্লি চেক্লা ওইবা নপাংশিং
থাবু তরুক চৎলুবে ব্বারী ব্বাতাই হংলক্নি।
চেক্লা নখোয় অনীবু পুমকোই পুমকোয় কোযশিন্নি।
ব্বাব থিনু চেক্লা নঙ ব্বারী পূন্বা লীয়ুকো।
ঐগী য়াব্বা পূন্বসু মরক মরক হাপচিল্লু।
নঙনা উখি পূম্নমক নঙনা তাখি খিবিকমক।
ঐনা নঙবু নীংজমন নঙনা লোইনা তন্বীযু।
চেক্লা অদুই মতুংদি নরম অদুম য়ৌরোকো।

## ৬৩

**কৈনো** খঙদে চেক্লাও! ঐগী থম্মোয় তনিকই।
ঐ ব্রাখলনা থিল্লুরে চেক্লা নঙবু নয়ুমদা।
মওল মওল খল্লুরে নঙগী নুংশি মরীনি।
ওইনীংব'মা ওইরোকো লৈনীং মফম লৈরোকো
মদু ঐনা খঙদ্রেকো উনি হায়বা থাজদ্রে।
নঙবু ফনা উদ্রসু নঙদি লোৎনা মরৈরে
ঐগী থম্মোয় লকানুং কুইব কুইর শেংলক্লে
নঙগী শক্তম নুংশিবা মুৎলু কৌবা য়াদরে।
সিনি ঐগী নুংঙাইবা সিনি ঐগী পেঞ্জবা
নঙগী মিবেল কোক্ত্রিগৈ নঙগী শক্তম নুংশিবা
য়েক্লা থমগে নীংলসু ঐদি য়েকপা হৈতেদো
মরুপ ঐবু থাজৌকো ঐনা নঙবু নুংশিকো
নঙগী নতৌ নুংশিবা কাউরোই কাউরোই শিদ্রিফাও
ঐনা হৈবা হায়ববু ব্রাহে খরা ইজবা
নঙগী নুংশি ব্রারীবু মীপূম খুদিং লীজবা
অসি ঙায়রে চেক্লাও ! নঙনা ঐবু ব্রারৌনু।

## ৬৪

**খঙলে** চেক্লা খঙলেকো নঙবু অমুক উররোই
মঙলান নত্তা উররোই উগে মতম' উররোই।
মঙলান খুদিং মরাক্তে কয়া ব্লাজৈ ঐহাক্লা
ব্লাখল মানা মউবা পুক্লিং মানা ময়েংবা
অদু ঙাইরে ঙমজবা মরুপ নঙবু চান্নবা
মরুপ ওইবা হৌনশা নঙগী খনবা মিংকুপ্তা
তোংলুই অমুক চীংথক্তা নঙবু লৈব্রা ময়েংলুই
তারুই অমুক ঈপাক্তা নঙবু যাওব্রা মথীকই।
আন্তারতিকা যৌকবে পেঙ্গুইল মরক থিকবে
মিসিসিপি মিসৌবি তুবেল মরীল ইল্লুবে
অমাজোনসু মযেংলে ' নঙবু উবা মবৈতে
চোক্ল ঐগী মিৎসিনা মিংকুপ 'মতং উইশিল্লা
পুক্লিং অনী লোঙদনা ব্লাখল পূম্বা ফাজিঞ্জা
মনুং হূৎনা যেংলদি উরে নঙবু নুংশিবা
মপোপ কাযদ লৈবেদো নমিৎ তরু পাঙদুনা
লৈবে নঙদি লেঙদনা ঐগী থম্মোয় লকানুং।

# চেক্লা অমদা

## ৬৫

**নোংবু** ঙাল্লে, মরুপ ও ! মরিং য়েনবা খোংলক্লে
কবুই খুলদি য়ুমদোম্পোক তৌবুল খুলগী মতাইদা
য়েনবা পরেং খোংলক্লে চীংখৈ ফিদূপ হুল্লক্লে
ৱাকচীং থাগী থায়াইদা হরাউ মথোই কাখিঙৈ
চেক্লা নঙনা উখিবা কবুই জগোই শাখিঙৈ
কন্না কন্না থীনখিবা খুলগী পুংজাউ থীল্লক্লে
অয়ুক য়েন্দা অঙনবা খুলগী যৌবৈ ফমদৌরে।
লৈরাং থরো লৈকাদা লিক্লা তনিক তনিক্লে
লৈবাং থম্বাল লৈনানা নোকমি নোকমি তৌরক্লে
চবোই তেতু খোংলক্লে কাক্কী লানবাউ চেল্লক্লে
নঙগী ৱাখল শান্নক্লে ঐগী অমুক খল্লক্লে।
নোংমৈ মখোল তাখিবৈ পোষ্ট মখোঙ খীংখিবৈ
কবি পাউবু লাক্কবা মিহুল চোংনা ঙাইবিদো।
মথঙ অহীং অমদা ঐগী খোমলেন মঙলান্দা
চেক্লা নঙনা হল্লকউ ৱারী অমুক মশাসি
পুকমেন পাউমেন তৌখিসি হায়নীং কোঙ্গাই লৈবিকো।

## ৬৬

**মথং** মঙলান অদুদা চেক্লা নঙনা লাক্লদি
শানৌ ওইবী মহাক্লা লৈরম হিংলম খোক্লদি
চেক্লা নদোম লাক্কনু পুংবা কায়দ মরাকউ
ঐগী শুমাং তম্লকউ নঙদা য়েংনা লৈরমগে।
চেক্লা তোংফম লৈত্রসু লাইগী উমং মাঙপ্রসু
চেক্লা নীংবা কায়গনু চেক্লা তন্না পাইখিনু
ঐখোয় লাক্লে তাক্লম্লা লোক্তাক মায়কৈ মপাঙগু
ঐসু নতুং ইল্লকনি নঙগী তাফম থিরক্লি।
লোক্তাক ইশা মাপলমক ব্রাব লৈত থিরক্কে
থমং খোঙসু য়ৌরক্কে করাং লাইফম কারক্কে।
লম্বু য়েংলে লম্লুংসি পাৎপু য়েংলে পাৎনুংসি
চেক্লা নখোয় অনীনা নোক্লা খেনা লৈবদো
ইমিৎ পেন্না য়েংজগে ঐসু নোকপা ফংজগে
নঙগা ঐগা কায়নবৈ অব্রা মৈচাক খরদং
কুম্লাং কয়া উদবৈ খোইশাউ লিনশাউ লৈরুবা
ব্রাংলেন মিৎকুপ অমতং পুক্লিং লৈতা' লৈগেকো।

## ৬৭

**মাইল** কয়া লাপ্পসু   কৌবা খুম্বা তাদ্রসু
ঋাদি অমা হায়গেকো   চেক্লা পুক্লিং চঙভুশে।
নোংদোন থুংনা খোঙনচৎ   লাইবী চীংদোন ফমদুনা
কৌবৌহনবা মহাক্লা   অৱা পোত্থা' লৈবিঙে
মঙাল মখৈ খোমদুনা   লোকখা তম্না চোংথঙে
নঙগী লমদম মাযযোন্না   মকপ নঙবু নুংশিবা
তোযনা শোল্লি কাউনুকো   ঐনা নুংমিৎ খূদিংগী।
ঈংনা তপ্পা চৎচবী   মোংদ হাদ ঙানজবী
থাজ মাগী মফমদা   ঐগী পাউবু চেনখিদো
নঙনা মাবু উবদা   নোকফেৎ তৌবা মাল্লদি
ঐগী পাউবু য়াওবেকো   চেক্লা অদুম খঙলোকো।
চীংয়া কোযবা মালংবা   উক উক শিৎচবা
ঐগী লমদম থাদুনা   অৱাং মায়কৈ পাংব কাল
চিনশু পাউশু ঋাবী শা   চেক্লা পাউবু চেনখিবা
নঙগী তুখোঙ খুদিংদা   তইং তইং লাকলবা
তান্ন' মকপ ঐহাক্কী   থম্মোয পাউনি খঙভুকো।

## ৬৮

**করি** পাউবু চেনগনি চেক্লা লুনা লৌনুকো।
নাদ্র য়েক্ত্রা হংবনি ঐসু নাদে তম্বনি
শিবা মতম লৈতেদো অসি ব্রাবু ব্রাবনি।
শিবৈ ব্রাদি খন্দ্রেকো নঙসু খন্নু মসিগী
পোল্লবদি শিনিকো লমন তোন্না লৈবনি।
ঐদি ব্রাদ্রে মসিগী শিবৈ খন্না শৃদেকো
ইথৌ নীংথি' তৌগনি ঐগী পুন্সি শেমগনি
নুপা থোক্লা হিংগনি শীংন শীংন চৎকনি।
দন্দি কিনা থৌবাংলোই কনাদসু হায়জরোই
হিংনা হিংনা শিনিংদে হায়জ নোঞ্জ লৈনিংদে
নঙসু নুপা থোকপনি মীখা পোন্না হিংখিদে
অদুম অদুম লৈয়ুকো ঈজৎ ঙাক্লা শিসিকো
ঐনা ব্রাব হায়ববু ঐগী অরোই' মিৎকুপ্তা
মিৎকুপ্তুদং খঙলদি অশি অচং তাইনবা
মল্ল তাইবং চঙলমদাই করি উবা ইমিৎনা
ঙক্লা মিৎকুপ অদুদং শৈরেং ইবা ঙম্লিংঙি।

## ৬৯

**চেক্লা** বিদায় লৌবেকো পুন্সিসিগী ওইনবু
তাইবং মপোক ওইবনা অকাউ পবৈ চনবয়াই
ঐগী কাযব থম্মোযনা খন্ন খন্ন কাউবযাই
মীনম শোবি ঙাঙনিংদে অচুম অচুম হাযগনি
নওগী শৈবেং লোইদৌবে কলম মচীন লেপ্তৌবে
হাযনীং হাযনীং তোক্তৌবে ইনীং ইনীং খমদৌবে।
থা-দৌ ৱাৎলি ৱাবৌনু হাযদৌ ৱাৎলি চিংননু
লেমহৌ' ৱাহৈ পূম্নমক থম্মোযনুংদা থল্লগে।
নঙনা ফজ' মহেল্লি ঐনা থাব মৱাৎলি।
নঙনা ফবা কোঙ্গাইনি ঐনা ইবা খজিক্লি।
ঐগী পাঙদ ৱাখলনা লাম্ব কৌবা ফংদবে।
ঐগী থেল্ল' পুক্লিংনা ফোঙবা কৌবা ঙমদবে
মীৎকী পিনা মহাল্লি হাযদৌ ৱানা মকোল্লি
মাযথোং ঐগী মযেংলা চেক্লা অদুম খঙলোকো
হিক্লা ৱাহৈ তাবগা চেক্লা থম্মোয পেৎলেকো
হন্দক মপোক অসিমা চাক্লা চাক্লা কায়নবে।

# চেক্লা অমদা

## ৭০

**মরুপ** নঙবু চান্নবা  নঙগী য়াইফ মঙ্গলগী
পুক্লিং অনী লোঙদনা  মিংলু পিবাং ঈহৌনা
ই'থৌ অনী লাইবুংদা  ঙমজ' হৈকক কাবিকো
নুংঙাই য়াইবী মবাঙ কায়  চাদা নাউদা লিশাংশিং
পুন্সি নুংশাং পাল্লুকো  ই'থৌ অনী খুকল্লি।
নোংমা নঙনা মশা থেক  নকোল শাব য়াওখিবা
নঙনা পামজ লৈহাউসু  লাতোন থন্না হাপ্লিকো
নঙনা পাত্তা চাখিবা  হৈকক মাসু যাওবেকো
ই'থৌ অনী হবাউবা  যাওদ লৈতে মখোযসি।
নঙনা যৌবা লমদুদা  নঙনা লাইফম চঙলবা
উহৈ কৎপা থোক্লবা  ঐগী য়াওনা কৎলুকো।
চেক্লা চীন্না চিকউকো  খোঙনা চপ্পা তৌনুকো
নখুৎ পান্দ' নহাক্তি  চীন্না খুৎপু ওইযুকো
থম্মোয মাবু শেংলদি  শববী' লুখাক শেংখিকো
লাইনা লেপ্পা লৌনিকো  মরুপ নঙবু কাউনুকো
য়াফম অসি মঙায়বে  ঐগী শৈবোল লেপ্লেকো।

*******

## চেক্লা অমদা

### পাউমেন- শৈরেং অসিগী তঙাইফদবা ব্রাফম খরা ঃ

১. **ক্রোক্লাউবী ঃ-** চহী খুদিংগী মেরা থাশিরমদাইদগী শজিবু লোইরমদাই ফাওবা তৌবুল খুঙ্গংদা ইবুধৌ শোরারেলগী লাইবুং, অইবগী ইংখোল ময়াদা হেক হেক লাক্লম্বা মতম নাইবা উচেক্লি। উচেক অসি য়াম্লা চাউই। মণিপুরদা হেক কোয়বকপা লমগী চেক্লা মরক্তদি ক্রোক্লাউবীনা খ্বাইদগী চাউগনি। মচা অমা তারক্তুনা য়েংখিবদা মশা নাম্মনা থগাই অমুক শাংগনি। মখোঙ ব্রাংই। মচু মুনা ঙৌনা লাংই। মঙক শাংই। ক্রোক ক্রোক খোংলম্লগা যেনবা অচৌবগী চিংখৎপা অব্রাংবা খোঞ্জেলদা শাংনা খোংই। অদুনা ময়াম্লা ক্রোক্লাউবী কৌই। খোংলমদাইদা মশা অনীনা উশাদা পোপ পোপ ফুরমই। লাবনা অযাম্বা খোংই। খম্ব্রাং খোংবসু য়াওই। অহলশিংনা হায়বদা মখোযনা লাকপসি কুইববা মতমদগীনি। ঙসি চহী ৯০ শুরবা মীনা অদুম মহাক্লখঙলকপদা লাক্লম্লে হায়না ফোংদোকই। মরূম অনীদগী হেন্না কোক্তে। মচা অনীদু পাইবা ঙম্লগা চৎখি। ইংখোলদগী, লৈরক্তগী পোৎ অমা খুন্দুনা চাদে। পাক্তগী চাব নক্তনা অতৈ চাদে। উচেক অসি লাক্তবসি চহী ২০ বোম হেল্লগনি। মবমদি উমং অসি লৈত্রে। মানা তোংলম্বা উজাউ হৈবোং পাম্বীদু তুখ্রে। মণিপুবগী অতৈ মফমদা উই হায়বসু তাখিদ্রে। অখঙ অহৈনা উচেক অসি অইংবা হৈনবা অশাবা হৈনদবা শাংনা পাইবকপা উচেক্লি হায়নৈ। খরনদি অব্রাং নোংপোক ভাবতকী চীংলক্তা লৈবা ঙম্বা উচেক ওইগনিসু হায়। খরনদি থা কয়া পাইরকপা সাইবেবিয়া রোমদগী ওইগনি হায়। মসিগী উচেকসি হাইফেৎ মানবা অশিবা উচেক অমা খ্বালিয়রগী ম্যুজিয়মদা উরম্মী। Son Bird (সোন বার্দ) হায়না থাহৌই। মদুবু ওইরিদ্রা খঙবদি ঙমদ্রে।

# চেক্লা অমদা

২. **ইবুধৌ শোরারেল লাইবুং ঃ-** তৌবুলগী কুইরবা লাইফম অমনি। ইবুধৌ য়াঙ্গোইনিংথৌগা মখোয় অনীনা তৌবুল খুলবু কোনবীরি। য়াম্না মগুন লৈবা লাই ওইনা লৌনে। নাপল য়াদবা লাইফমনি। ইবুধৌ শোরারেলগী উমং অসিমক্তি খুলসিগা হৌমিন্নরকপা ওইগনি। অইবগী অপোকপবু পোকপী মবেম্বোক ✓ লৈরেন দেবীগী মপা-মপুনা, মোইরাংথেম শাগেগী অহলশিংনা মখোয়গী ইংখোল মতাই অমদা খুভম য়াদুনা লাৎচরম্বনি। অহল অসিগী মচানুপা অমগা মচানুপী লৈরেন দেবীগা পোকই। লৈরেন দেবীনা মচেনি। অহল অসিনা শিরমদাইদা মাগী চাউরবা ইংখোল অসি শরেং মতুপ শানা চপ মান্ননা মচিন- মৌপবাদা য়েনবীরম্মী। অদুগা মচে লৌবা অইবগী মপা পোকপা মপুবোক ✓ থানিলবু অহল ওইনা লাইগী শেবা ফংহল্লম্মী। লাইবুংসু মচেদুগী শরুক্তা লৈহৌরে। অদুগা লাইবুংগী উমং শরুক অদু পাট্টা খায়দোকখি। উমং অসি চহী কয়া লৈরকপনা হি শাব য়াবা উজাউ খরা য়াওনা নুমিৎ মঙাল চঙদনা মংলম্মী। হৈরুকোকথোং পাম্বী মী অনীনা কোনগদবা, হৈবোং মখোঙদা মী ৩ না কোনগদবা উজাও য়াওই। উয়ুং, হৈনৌ, খোংনাং তরু, হেক তাইননা অইবগী লৈপলদা লৈহাও লৈরেন চাউখ্রবা মী অমনা কোনবা থুংদবা অমসু হৌরম্মী। অইবগী ইংখোলদা হৈনৌ পাম্বী মী অনীনা কোনগদবা অহুম মরীসু হৌই। ব্রাপলসু য়াওই। শম্না হায়রবদা ইবুধৌ শোরারেলগী লাইবুং খুল মনুংদা লৈবা উমং অমদি ওইরে। শল চঙখিবদা লাইফমগা ওইবনা মী অমনা হেক তানবা চঙবা ঙম্নরমদে। খুদোনবীনা থিনবদা খুদোনবী পৈ হায়নবা লৈপুং অমসু লৈরম্মী। ক্রোক্লাউবী তোংলম্লীবা হৈবোং পাম্বীসি উমংগী ময়াইদা হৌবনি। খুল ময়ামগী উরক্তগী অরাপ্পদগী য়েংবদা হৈবোংদু য়াম্না হেন্না ব্রাংখৎনা উই। ফুট ৭০ রোম ব্রাংগনি। রক্ত চন্দল চাউরবা পাম্বীসু হৌই। উমং অসিদা লময়েন, ব্রাব, শোংঙা লাব লাক্লম্মী।

# চেক্লা অমদা

৩. **তৌবুল খুলগী মিংগী মতাং ঃ-** তৌবুল খুলগী মমিং করম্না থোল্লম্বগে হায়বদুগী মতাংদা মত কয়া পীনরি। 'লাংওন' কৌবা লাইরিক্তা শৈরেং অসিগী মনুংদসু পঞ্জরিবা ইবুধৌ খোরিফাবনা মমা থিরকপা লম্বীদা নোংমা লৈরম্মী হায়বগী ব্রাফম পল্লি। ইবুধৌ থাংজিংনা য়োক্লবা মতুংদা মমাগী মনাক চৎনিংই হায়বদগী লাই য়াখল্লোই ২৭ কা লোয়ননা মাইকৈ তাক্লক্লগা থারকই হায়রি। মদুদা মাঙ থাখিবা খরনা চৎপ্লগা ইবুধৌ খোরিফাবনা লম ফজবা অমা লৈরে, মসিদা চয়োম চাদুনা পোত্থারসি হায়দুনা পোৎথারম্মি হায়রি। অহীং অমা লেকথোক্লগা চৎখি হায়। মীগী মমা থিবা লাক্লগা লেক্তুনা লৈথোক্লে হায়দুনা তৌবা ঙম্বা মখৈ পুনফমসিবু 'তৌবুল' কৌরসি হায়রম্মী হায়। মাঙ থাখিবা খরদুনা লাক্লে হায়দুনা ঙাইরম্ফম অদুনা ঙাইখোং কৌই হায়রি। অদুনা ওইবা তাই ঙসিফাওবা তৌবুলদা ইবুধৌ য়াঙ্গোইনীংথৌ হরাউবদা খোরিফাবা নুপী থিবা কুম্মৈ তত্তনা য়াওরি।

অতোপ্পা থাজনবী অমনা ওজা বরমণীনা ইবা 'লম্মিৎলোন' হায়বা লাইরিক্তা য়াওরিবা অসিনি। খুল অসিদা লৈরম্বা তম্বা নুপা অমনা নুপী অনী লোল্লম্মী। নোংমা তালোয় অনীগা লৌবুক্তা য়োৎ তৌবা চৎলি। নুপী অনীগী থৌরম তাক্লম্লগা নুপাদুনা লাপ্লা লৈবা মাগী পাল্লৌদা মাইরেল খোংক্রম, পান থাবদু শানা নৈব্রা য়েংবা চৎখি হায়। নুপাদুনা শম্বল শেমজিল্লম্লগা হল্লকপদা থৌদোক অমা থোক্লে। অতোনবী মশা ব্রাই শংদ্রবীদুনা সুম লৈবাক তৌবদা লৌরি কাচিন অমদা ফজপ্লবা লৈ অমা থেংনরম্মী। মদুবু নাপ্লদা চিল্লগা হরাউনা লৈরম্মী। নুপী অহলনা মদুগী খুদোংচাব লৌরগা মাগী নুপাদা নত্তবা পাউ তমশিল্লম্মী। নুপাদুনা হেক চৎখিবগা নুপা অমা লাক্লম্মী। অতোনবীদুগী নাপ্লদা চিল্লিবা লৈদু নুপাদুনা পীরম্বনি। অসিনচিংবা কয়া তমশিল্লম্মী। নুপাদুনা য়েংবদা অতোনবীদুনা

# চেক্লা অমদা

মোমোন মোমোন নোক্তুনা লৈবদু উরম্মী। চুম্বা তারে হায়দুনা ফুবদা শিদোকখ্রে। উপায় লৈতনা মাগী মতৃপ ফিদুনা কুপশিন্দুনা থনম্মী। সুম থোকউ তমখিবনা ফি অদু নোংলৈ নুংশিৎ অমনা হুমদুনা পুখ্রগা নুপীদুগী মবুং লোক্তাক্তা ঙা ফারিবা অদুগী হিদা তারম্মী। মতৌ অমনি হাযদুনা লাকপদা মচল শিনা লৈরম্বা থেংনখি। শাউরবা মবুংনা নিংথৌদা তাক্লুদুনা নুপাদুবু মখুৎ তৌরানা তুংবুন্নদুনা পুল্লগা পুখিরম্মী। মদুদগী খুল অসিগী মমিং তৌবুল কৌই হায়রি।

অহুমশুবা ব্রাফম অমদি ইতিহাসকসু মরী লৈনরি। ময়াংইম্ফালনা খুমনপুং ওইরিঙৈ মোইরাংনা লৈবাক অমা ওইরিঙৈগী ব্রানি। খুমন মহারাণী অমনা লিক্লাং অমা ফংই হায়। মদুসু কনাগুম্বা লোংখোনবী অমনা লোং খোনবদা অরুবা ঈশিং ময়াইদা লংত্রিক লংনা তাব উরম্মী। মদুবু মানা কোত্তুনা য়েংবদা শুকফং ফংদ্রবদা য়েংখৎলুবদা উ পাম্বীগী মথক্তা পন্দুনা লৈবা থেংনবম্মী। মদুগী মমি ঈশিংদা তাব ওইবম্মী। অসুম্না হায়নৈ। অদুগুম্বা লিক্লাং অদু মহাবাণী অদুনা মচানুপা অহুমদা অমুক অমুক পালি নাইনা শিহল্লম্মী। মচাশিংগী মমিং হাওরৈ নুঙ্গোইহল, নুঙ্গোই য়াইম অমসুং নুঙ্গোই তোন কৌই। মখোয় অহুম সুম শিনরকপদগী নোংমদি মনাউ অতোনবগী পালিদা ময়াম্বা অহলনা শিরগা চোথে হরাউবা খুমন য়াংবীদা চৎলগা লমাংদোং তাদুনা য়েংলুই। মনাও অতোনবনা শাউখ্রদুনা লিক্লাং অসিদা থমদ্রগা ফরনি হায়দুনা থাঙ পায়দুনা চৎখ্রগা ময়াম্বা অনী হল্লকপা খুমন য়াঙবীদা লুমদুনা লৈরুই। ময়াম্বা অহলনা শিরিবা লিক্লাংদু ককপদা ময়াম্বগী কোক য়াওখিদুনা শিরবদা নঙগা লৈমিন্নবা ঙল্লরোই, লৈজহৌরো হায়দুনা ময়াম্বা নুঙ্গোই য়াইমা অদু চেনখ্রে। মানা লাইমতোন চীং য়ৌরুরগা হল্লকপদা মোইরাং মায়কৈ

পাংখি হায়না হায়নরি। খুমন কাংবুনা খুমনপুংদা পুনবা অদুগা মোইরাং কাংবুনা মোইরাংদা পুনবা মুন্নরক্লবদা লাই শাক্কি য়েংনবা তৌ মপুন অমা য়ুংলগা মৈখুনা চৎপা মায়কৈদা পু-নসি হায়বা য়ানরবদগী মৈ থাখি হায়। মোইরাং মায়কৈদা মৈখু চৎপদগী মোইরাংনা পুখি হায়। পুন্ত্রিবা নুঙ্গোই য়াইমা অসিনা পারেম্বা পোক্লগা পারেম্বনা পুরেম্বা পোক্লগা খম্বা খম্নু য়ৌনা খুমন থাবা মোইরাংদা লৈখি। তৌ মপুল মৈ থায় হায়বদগী তৌবুল কৌখি হায়রি।

৪. **য়াঙ্গোই তুরেল ঃ-** নম্বোল তুরেলনা তৌবুল মমাঙ য়ৌরকপদা য়াঙ্গোই মচা অদুগা নম্বুল তুরেলনা তৌবুল মমাং য়ৌবকপদা য়াঙ্গোই অচৌবা হায়না খঙনৈ। য়াঙ্গোই তুরেল অনী অসি কারোং হায়বিবা লাইফম অসিদা উনবগা অদুম যাঙ্গোই অচৌবা হায়না লোক্তাক য়ৌপ্রে। কাবোং অসিমক মথক্তা পঞ্জখ্রিবা খুমন নিংথৌ মচা অমা হাৎখিবসিগী করাঙ তাফম্নি হায়দুনা কাবোং কৌখির্বনি হাযবি। অকুবা লাইফম্নি হায়দুনা হৌজিক অকোয়বদা লৈরিবা খুঞ্জাশিংনা পুজা তৌনরি। কারোং লাইফমগী হেক অকোয়বদা খুমন যাংবী অমসুং য়াঙ্গোই মচাগী মনাক্তা কোকপাৎ, খুৎলাকপাৎ, লিক্লাই কারোং লৈ। কোক তাফম্বু কোকপাৎ, খুৎ তাফম্মা খুৎলাকপাৎ, লিক্লাং তাখিবা মফম্মা লিক্লাই কাবোং কৌখিবনিসু হায়নরি।

য়াঙ্গোই তুবেলগী নুংগী ওইবা অর্থদি মীগা লাইগা শম্নরিঙৈ লাই অমনা লোক্তাক্তা লৈববদা থাংজ মাপল তিনদুনা চনবা লোং পায়রগা মোইরাং থব্রান থাবনা লাই অদুবু তান্নরকই অদুগা অব্রাং লাইশোই তারগা খ্বাইরাকপলদা হাৎলি হায়রি। মদুবু মতুপ তরেৎ কক্লগা ফুম্নস্মী। হুম্নি লৈরগা য়েংলুবদা পুম্বনা হঙ্গোইনীংঙাই ওইরবদা হঙ্গোইনীংথৌ হায়না ইরাৎপা হৌখি হায়বি। মমৈদা য়াঙ্গোই নিংথৌ কৌখি।

## চেক্লা অমদা

৫. **খুমন য়াঙবী ঃ-** তৌবুলদগী ময়াংইম্ফালফাও লৈরিবা খোঙনা চৎপা য়ারবা লম্বী অসিবু খুমনপুং তাব লম্বীনি হায়দুনা খুমন য়াংবী কৌই। বিষ্ণুপুরদগী তৌবুল ফাওবা কিলোমিটর অনীমখাইনি। তৌবুলদগী ময়াং ইম্ফালফাওবনা কিলোমিটর নিপাললোমনি হায়রি। মসি মতেক খরদি খুমন কাওবনা মাগী নুপী য়াইথিংকোনুনা মপাম মোইরাং চৎপা নুংঙাইনবা থোল্লম্বনি হায়বসিদি ফনা শেংনা হায়নরে। থাজবা য়াই, কুইরবা পল্লী অমদি অদুম লৈ। অদুবু হৌজিক ফজনা শেন্নে। ফাওনগদবা কিলোমিটর অমরোমদা ঙায়বে। কারোং থোং শারবা অদুগা অন্নাৎপসি ফজনা থোল্লবদি হন্নাগাড়ী চৎপা য়াবনি। থোং মচা মচা খরদি শাবা লোইরে।

৬. **থরোং লমজাউ ঃ-** খুমন য়াংবীদগী লাক্লগা তৌবুল ফাওদুনা চৎপা লম্বীদু লাই গুরুশিংনা থরোৎ লমজাউ কৌই হায়। মদুনা লমাংদোংগী থোংজাউরোক তুরেল ময়াদা তাবগা চৎলম্মী হায়রি। হৌজিক চৎনরিবা তৌবুল লম্বী অসিদি কোন্না শেম্বনি। থরোৎ লমজাউ অসিদা কোনু মমা মচা চৎলম্বা য়াই হায়বসি থাজনৈ। অতোপ্পা লম্বী লৈতে। হিনা চৎকদবা মঙাই। খোংজোমপর্ব শকপা ওজা মাঙ্গোলজাউনসু অদুম পল্লি। হৌজিক লম্বীসি মাঙখ্রবগুন্নে। অদুবু অমুক হিঙ্গৎহন্নবা খন্নরি।

৭. **কবুই খুল ঃ-** তৌবুলদা লৈকায় অমা ওইনা কবুই খুল হাযগদ্রা লৈকায় হায়গদ্রা মচা অমা লৈ। য়ুম্নাক ৫ / ৬ তা লৈরম্মী। কোন্না থেঙনা লাকপনি। হৌজিক্তি য়ুম্নাক ২০ মুক লৈরে। মীশিং ১০০ হেল্লে। জাতি অনী অসি নুংশিননা লৈ মদুদি করিগুম্বা মখলগী কাংলুপকী ঈরাং অমত্তনা য়ৌবা ঙমদ্রবনি। চারৌ মৌরৌনরে। খ্বায়দগী কাউবা য়াদ্রবা ব্রাফম অমদি সনাবুই কবুই কৌবা অহৈবা মাইবা অমা লৈরম্মী। থোংজাউরোক তুরেলনা

## চেক্লা অময়দা

চেন্নীংবা মায়কৈ চেন্দুনা তৌবুল লৈফম চাফম খণ্ডদ্রবদা মাইবা অসিনা হৌদোং অমুবী অমা শাবাক ফাক্লগা লাই খুরম্লুবদগী থোংজাউরোক অমুকহন্না তৌবুল্লোমদা চেল্লক্লে হায়নরি।

**কবুই খুল অসি মশাগী নীতি ঙাক্লা চৎচৈ। কবুই জাতিগী হরাউবা, লৈশা ফাল, পাখণ্ড ফাল, খুল্লাকপা লৈরি, থৌবৈ ফমদুনা বিচার তৌবা, ব্রা খন্নবা হৌজিকসু চথরি।**

৮. **জব্রা লমজাউ ঃ-** জব্রা লমজাউ হায়বসি শিংনাং মানবা জব্রা হায়রিবা ঈশিং নাপী অসি থন্না হৌই হায়দুনা জব্রা লমজাউ কৌই। মসি য়াঙ্গোই তুবেল অনীগী মবক্তা লৈবা লমহাং অমনি। ফূম্মা তাউদুনা লৈবা লৌউ শিংউ য়াদবা মফমনি। থৌবাল ডিস্ট্রিক্টকী লম ওইবি। নক্লবনা তৌবুলগনি। কিলোমিটর অমা ফানা লাপ্লদে। মফমসি মমিং চৎখ্রিবনা তৌবুলদা মহাবাজ বুদ্ধচন্দ্রনা মী শোক্লবা কৈ অমা হাৎখিবদগীনি। অদুনা হৌজিক কৈজনফম হাযনা লৈবি।

৯. **কৈজাউ ফাবা ঃ-** কৈ অসি চৈথারোল কুম্বাবদা য়াওরবা মমিং লৈববা অমনি। চৈথাবোল কুম্বাবদা অসুম্মা ইরি, "থাশি লৈবাকপোকপদা তৌবুলদা কৈনা নিপা ১ শোক এ হাযদুনা শ্রীযুৎ লেঙদুনা কৈ চল্লে। শজিবু থা য়ুমশকৈশনা হল্লি। অদু নুমিত্তা কৈ অদু শ্রীযুৎনা ফায়, খুদুপ ৭ শাংই।"

কৈ অসিনা ১৯৪৬ কী লমদাদা চীংদগী হায়থবকখিবনি। মানা হেক মী শোকপদি লমদাগী থাশি নুমিৎনি। ফাবনা হেক নোংঙানবা শজিবুগী নোংমা পানবদনি। মতম অদুদা লান হেক হঞ্জিল্লকপদা ঙাইবনা নাপী য়াম্মা শোঙবা মতমনি। শম্পকপী পাম্বীনা লেপ থুল্লিবা মতমনি। মানা কুল্লকপদি মী শোক্লিণৈ মঙা তরানি মমাঙ ওইবনি হায়বগী প্রমান ফংই। নোংমা নিনিগী মমাংদা শঙ্গোলদগী শল হাতম অমা মনমদা পোবগা

# চেক্লা অমদা

খোংবান্দা চারন্বা থেংনৈ। খুলসিগী শ্রীথোকচোম কৃষ্ণ সিংহ্ খোয়গী শললনি। মদুগী মমাংদসু ঈন চিংবী ময়াম্না নারক্তা শা অমা চোংশিনখি হায়নখিবা লৈ।

হেক মী শোকপদি লৈচিন য়াম্না থাব থাশিগী অয়ূক ঙন্তা অদুনি। অহল অদুগী মমিং লোংজম মনিকচান্দ কৌই। মানা মাগী কারক্তবা শল অয়ুক ঙন্তা কোইথী থিরগা শম্পোৎ খোইবা চৎখিবা মী থেংনহৌই। মাগী লৌগা পাৎতোনগা তাইনৈ। হেক থংনবা লৌপুনা নিংথৌজম পারথো কৌই। ঙহাক খোইনরগা হিদাক থকসি লাউ হায়না অহল অদুনা কৌশিল্লি হায়না পারথো হায়রিবা দশা তাব য়াওরুবা অহলসিনা তন্নম্মী। হিদাক ঙাম্লুক অমা থক্লগা হৌগৎনরকপদা লৌরীদা শাগী খোঙ্গুল তাবা অদু অহল অদুনা য়েংহল্লি হায়। অদুদগী শাজে হাই হাইদুনা অহলদুনা খোঙ্গুল লীরুই হায়। অহল পারথোনদি তৌবীরুনু হায়বনি হায়। অদুবু লাইগী নোংদম লৈবনা য়াদদুনা লৌ ফৈদোম অনী অহুম চথনা মখোয় অনী লীরুবনি হায়। অদুদগী চরোৎ হাবুং অমগী মরুমদগী কৈজাউদু চোংথোরকপনি হায়। অহল পারথোনা নোংচুপ পাংনা খুল্লোমদা চেলহৌবগী হিংবনি, অহল মনিকচান্দনা অব্রাং পাংনা চেল্লুবনা মঙোন্দা দশা তাখি। মতমদুদা নোংচুপ থাশি মায়কৈ থোকই হায়। কৈদি থাশি মায়কৈ চৎতে হায়নৈ। মহাক্লা থা শিবা ঙাইরম্বসু ওইরম্বা য়াই নোংচুপ চীংলোমদা কাখিনবা। নোংমতা ঙাইরবদা দশাদু তাখি মাসু মীসু। অহল অদুসু থা অমুক্কী মমাংদা পাঞ্জিনা কন্না ফাওই হায়না মচানুপী শ্রীমতি ইবেতোম্বী দেবীনা ব্বারী লীবীরকই। থা শিবফাওদা দশা অকনবা লৈ। শজিবু হেক চঙবদা দশা কোক্লে হায়না কুঠি য়েংবদা কন্না চেকশিল্লু হায়রম্মী হায়। মতম লিৎখিনি মতাগুম অরোইবা নুমিত্তুদা দশাদু থুংলখি। অহলদুনা উপ্পা টুপী লৈরি।

# চেক্লা অমদা

অহল্লদুনা হেক শোক্লবদা কৈবাউ চেনদুনা কোনুংদা চেন্দুনা নিংথৌদা তাক্লুরবদা পম্বদনা সনা খোঙলেংলক্লগা কৈবল শাখিবনি। তৌবুল নিংথৌ কূম্বা য়াদবগী কি-নবা লৈ। অদুনা থংনবা ঙাইখোং লোমদা লেঙথরকখি হায়। হেক নোং ঙানবদা কৈদু নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎখি।

১০. **কুলি লানগায় ঃ-** কুলি লানগায় লৈবাক পূম্নমক্লা খঙনরবনি। অনীশুবা লানজাউ চপ চানা মণিপুরদা য়ৌরকত্রিঙৈ জাপান্না মতমদুগী ব্রহ্মা য়ৌশিল্লক্তুনা ভারত মচা লৈবা কিনরক্তুনা চেন্নরকপদুবুনি। মসি শোক ১৯৪৩ দনি তৌবুল য়ৌরকপা। মোরেদগী লাক্লগা খুমন য়াঙবী শম্নক্লগা তোংজৈ মরীন্দা চৎখিবগী ব্বারীনি। তৌবুলদা পনফম ওইরম্মী। ফজনা য়ূম খরদা লৈহনখিবগী ব্বারী লৈ। চৎপা ঙমদবা খরনা ঙবোং খাউদা মী অনীনা ব্বাদ খাউদু য়াল্লগা পুবা, দোলাইদা মী নেক্লগা পুবা য়াওখি হায়। হনুবী অমদি নারক্তুনা তৌবুলদা লংথোক্লল্লে। অদুনা ইমুং অমদা নোংমা নীনি সেবা তৌবীরগা শিখি। মাগী মং খুলসিদা লৈয়ু তমথ্রমাল্লে। অমনা মচা পীথোক্লম্মী হায় পুবা য়োকপা ঙল্লক্তদুনা। অঙাংদু বিষ্ণুপুরদা য়োকখিদুনা মচামগু লৈরি হায়নৈ। কুলিশিংদুনা পৈশা ব্বাৎলকপদগী নত্রগা লূম্বদগী য়োম্থোক্লম্বা কোল লিক তৌবুলদা লৈরি। কুলি লানগায় নীংশিংনবা ফজনা থম্লি।

১১. **অনীশুবা লাঞ্জাউ ঃ-** লান অসি জাপান লান হায়রগসু খঙনরিবসিনি। অদুনা শৈরেংদা জাপান লান হায়না অয়াম্বা শিজিন্নজরে মাত্র কায়দনবা। লান অসি তৌবুলদা ফজনা শোক্লখি। মরমদি খুল অসিগা হেক মায়োক্ল রিবা বিষ্ণুপুরগী কোনুং অমনবা হৌজিক্লা সি: আই: কলেজ লৈরিবা মফমসিদা সরকারগী কেম্প অচৌবা অমা লৈ। ব্রহ্মাদগী টিডিম রোড পরিং ফুগৎলক্লিবা জাপান অমদি আই: এন: এ: গী লাম্মীনা মোইরাংদা

# চেক্লা অমদা

১৯৪৪ গী এপ্রিল ১৪ দা ফিরাল চিংখৎলগা চখৎলকপনা খা-পোৎশংবম য়ৌবদা বিষ্ণুপুর ফাওনা চৎপা ঙমখিদে। অদুনা খরনা লাইমতোন চীংলোমদা, খরনা বিষ্ণুপুরগী মমাঙদা তারিবা খুঞ্জা নিপাল- পোৎশংবম, নাচৌ, ক্বাসিফাই, খোইজুমান, তৌবুল, ঙাইখোংসিফাই, ঙাইখোং খুল্লেন, অমদি ঙাকচ্রৌপোকপী অসি ফাওরগা কৈনৌ ওইনাম তাখিবনি। অদুনা তৌবুলদা ১৯৪৪ গী চৈরাওবা নুমিত্তগী লান চেনবা হৌই। জাপান লাম্মী ময়াম খুল্লক্তা লৈ। মদু খঙবনা বিষ্ণুপুরগী বৃটিশ লাম্মীনা হেক হেক লাঞ্জাবা কুমথরকই। মদুদা অকনবা লান থেংনখি। বৃটিশকী টেঙ্ক অমা তৌবুল লম্বী মচিন্দা জাপানগী মাইন বোমনা থুগাই। মদু কুইদ্রি লৌখৎখিবা। নুমিদাং হেন্দ লেম্প কোমদা থাল্লুবগী বোম থাদরমদুনা ঙাইখোং সিফাইগী মী কয়া শোকখি, শিখি। বৃটিশকী প্লেন অনীসু ঙাইখোং সিফাই ময়াদা অমা জব্রা লমজাউদা অমা কাপথখি।

শ্বায়দগী পুক্লিং নুংশিখিবদি খুনৌ উরক হায়বা অমদা চাক থোংদুনা লৈবা জাপান লাম্মী মঙাখক্কী ব্রারী অদুনি। লাঞ্জাবা লাকপা বৃটিশ লাম্মীনা উরদুনা কোয়শিনবদগী মঙাদু পাৎলোমদা চেনথরকপা য়ৌবা ঙমদ্রদুনা কোম অমদা পুল্লপ লৈরগা নুমিৎ চুপ্পা কাপ্পখি হায়। মখোয মঙামক পুন্না শিখি। কোম অদু হৌজিকসু 'জপান কোম' হায়না কোয়শিন্দুনা থল্লি। মখোয়না য়াল্লম্বা কোট অমা কুইনা উশাদা য়ান্দুনা লৈরম্বদগী ঙাইখোং সিফাইগী অহল অমনা থমজিল্লম্মী।

তৌবুলদগী অহল অহুম, (১) ব্রারেকপম অমুজাউ সিংহ (২) লৈশাংথেম ইবোমচা সিংহ অমসুং (৩) সলাম ইবোমচা সিংহ অসিবু বৃটিশ লাম্মীনা ফাদুনা পুখ্রগা থা অহুমলোম কদায়দা লৈ খঙদনা থমখি। মদুগী মবমদি জাপানগী মতেং পাংই হায়বগী ওইরম্বা য়াই হায়।

খুলগী লিডর লিডর খরসু ফাগৎলি। কিহ্নবা মাল্লি, আই:এন:এ: য়াওদনবা। অদুবু কায়নথংদা ইম্ফালদা পুরগা লান লোইরমদাইদা থাদোরকখি। ঈশিং খ্বাং য়ৌনা সুপ্লগী খুদৈ অমগা লাঞ্জেন শঙ তান্না লাকখি হায়না অইবগী ইমানা লীরম্মী।

১২. **অমুগোল ঃ-** শৈরেং অসিদা অমুগোল হায়বা অমা পল্লি। মসি অতৈ নত্তে। থায়না তৌবুলদা কোনুংগী লান্দা শিজিন্নগদবা শগোল লাব অচৌবা য়াম্না লোইরম্মী হায়। তৌবুলগী শরুক থুংলকপনি। অদুবু চারা লৌনবা অমোম ময়াম অমা তোঙান্না থম্মী। অকোয়বা লৈপল তাখৎলগা শগোল অমোম ময়াম থল্লিবা মফম অদুবু 'অমোমকোল' শম্না অমুগোল হায়না ঙসি খঙনদুনা লৈরি। হৌজিক তৌবুল হায়স্কুল ওইনা লৈবে। শাগোল ময়াম থনম্বা মফমদুনা হৌজিক য়াংলেম শাগৈনা লৈবি।

১৩. **লাই তুরেল ঃ-** তুরেল অসিসু শৈরেংগী মতাং অমদা পল্লি। মসি ইবুধৌ শোবাবেলগী উমং ঙাবগা চেল্লম্বা তুবেল অদুবু লাই তুরেল হায়না খঙনৈ। হৌজিক পিশক পিকপ্রে। থোংজাউবোক চেল্লক্লিঙৈদদি ফিসরি ডিপাটমেন্টকী মখাদা নিলাম ওক্করম্মী। ঙা ফজনা ফায় হায়নৈ।

১৪. **লোক্তাক ঃ-** ইবুধৌ শোরাবেলগী উমং ক্রোক্লাউবীনা তোংলিবা মফম অসিগা লোক্তাক ঈয়ায়গসি অতিয়া লম্বীদা কিলোমিটর অনী ফাররোই। তৌবুল মমাঙদগী লোক্তাক হৌরবনি। অদুবু মতমদুদা ক্রোক্লাউবীনা হেক পাইখিবদি পাৎ চৎপা অহলশিংনা হায়বদা লোক্তাক ঈয়ায়দনি। মপান্দা নত্তে। অদুনা ক্রোক্লাউবীনা মকোন্দা কুন্না কুন্না লোক্তাক উরে। লোক্তাক্তা লৈনা লৈনা মকোল উরে, মচা উরে। মাগী খুদোং চাপ্পবা মফমনি।

## চেক্রা অমদা

১৫. **লাইমতোন চীংজাউ ঃ-** চীংজাউ অসি তৌবুল খুলগা মপা চপ চাননা লৈ। অতিয়া লম্বীদদি কিলোমিটব মঙা ফাবল্লবোই। হেক খুল মনীংদা লৈবগুল্লে। ক্রোকলাউবী হেক লাকপসি লাইমতোনলোমদগী ক্রোক ক্রোক খোংদুনা অয়ুক পাইথবকই। লাক্লে লাক্লে হেক্তা হায়নৈ।

১৬. **তৌবুল লানফম ঃ-** চৈথাবোল কুম্বাবদা ইবি, ''হৈবাংখোংজম মোনশাংগী কুম শক ১৫২৮ ইবুংঙো শানোংবনচিংদুনা যাংকোইবোমদা ময়াং লাকএ হাযদুনা চৎএ। লাইযিংথৌ খাগেম্বনা মযাং ঙমলৌএ। শানোংবসুং খামলৌএ।'' মসিগী লানফম অসিবু 'তৌবুল লানফম' হাযনা খঙনবি। য়াঙ্গোই তুবেল খোঙবাল পবিংদা ব্রা যুংলগা মৈনম পবেং পুন্দুনা নুমিদাং মৈ থানবদা লানগী শগোল পবেং লাকপা মানহন্দুনা মযাং লাম্মী কিহনখি হায়বসু হাযনবি। লানফম অসিদা লবঙ্গ শিখি। শানোংবনা ফাবগা কোনুংদা পুখি।

*******



সলাম তোম্বা শোক ১৯৪৬ কী মে তাং ১৪ [illegible]
নুমিত্তা পোকই। অপোক [illegible] কী
খৌনাম নিংঙ্গোল লসমী দেবী [illegible]
কৌরম্মী। মচিন মৌপবা ১১ গী মনুংদা ১০ শুবনি। শোক
১৯৫১ দগী লাইরিক তম্বা হৌই। তৌবুল এল. পি. স্কুলদগী ক্লাস
টু পাস তৌই। টুগী বৃটি পরিক্ষাদা বিষ্ণুপুর সব- ডিভিজনগী
ম.৩.ক ওই। ক্লাস থ্রীদগী ক্লাস টেন ফাওবা ঙরাল বান তাদুনা বিষ্ণুপুর হায়স্কুলদা তম্লবলগা
ভাইখোং হায়স্কুলদগী হায়স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট পরিক্ষা শোক ১৯৬৪ দা সেকেন্দ
ডিবিজনদা ঙমখি। ডি: এম: কলেজদা ফিলোসোফীদা ওনর্স কয়দুনা ১৯৬৮ দা বি: এ: পাস
তৌই। ১৯৭০ দা গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিদগী এম: এ: (ফিলোসোফী) পাস তৌই। হেক
পাস তৌবগা সি: আই: কলেজদা ওজা ওইদুনা ২০০৩ [illegible] থবক্তগী
ভাইস-প্রিন্সিপাল ওইনা রিটায়ার্ড তৌই। ময়েংবম নিংঙ্গোল [illegible]
পানবগী লক্ষ্মীদা খোঙদামিন্নখি। হৌজিক অঙ্গাং নুপা-৩ নুপী ২ মচা [illegible]

ক্লাস থ্রীদগী শৈরেং ইবা হৌরকই। ১৯৭৫ দা [illegible] কয়া ইখি।
১৯৯৪ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চকী সেক্রেটারি ওইনা [illegible]।
হৌজিক প্রসিডেন্ট ওইরি। সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা মরী লৈনরি।

ফোঙথরবা লাইরিকশিং :-

১। থাজগী [illegible]

২।